# পনখৈনুংদা



বিজ্ঞানেশ্বর রাংখেম

# PANKHEINUNGDA

a collection of 1 stage play & 1 video play

writien by Bigyaneshwar Wangkhem

অহানবা ফোংবা- জানুয়ারী ২০০২






অফোংবা — নহারোল অইরা তিন্নসঙ (নাভ)

লিলোং কৈথেল, ইম্ফাল।



মমল — রুপা ৬০/-

---

Ibelei Printing & Statlonery Works

**Lilong Bazar, Imphal**

# প্রসিডেণ্টকী ৱারোল

মনিপুরগী সাহিত্য পুকৈদা লৈচল থরদং হাপচনিংঙুনা "নহারোল অইবা তিন্নশঙ" (নাত)না সাহিত্যগী সেবা তৌজরকপা চহি মাপললোম শুরকলে। নৌরিবা অইবা কয়া পুথোকচবগা লোয়ননা চংলিবা চহিসিগী অনৌবা খুদোল ওইনা নাতকী নিপালশুবা লাইরিক, শ্রীবিজ্ঞানেশ্বর বাংখেমগী ড্রামা লাইরিক "পনখৈনুংদা" হায়বসি মীয়ামদা খুদোল তমজরি। পনখৈনুংদা হায়বা ড্রামা লাইরিকসিদা ড্রামা অনি য়াওরি। মমিংদি "পনখৈনুংদ" অমদি "লাইবক চাওর্বা" হায়না মিংথোল্লি। হৌজিক ফাওবদা নহাওইরিবা অইবসিগী লাইরিক ওইনা ফোংখ্রিবা ড্রামা অসি পুন্না নিপাল্লোম শুরে। তশেংনা শ্রীবিজ্ঞানেশ্বর বাংথেম ড্রামাগী অইবা অমনি হায়নিংই।

অইবা অসিনা মহাক্কী লাইরিকশিংগী ফাগীনা চাংয়েংবা মতমদা শাফু, অকনবা সমাজগী চৈথেং, পুন্সিগী চোকথরবা চৈনা, মোর্দন লাইফতা থেংনরিবা অহোংবা কয়া ময়েক শেংনা ফোংদোকুবা হোৎনবা উই।

চহি ১৯৯৯ দগীদি অইবসিনা চহি খুদিংগী লাইরিক অমমম পুথোকপদা ইনশোল কাংদনা মায়পাকলি। মমৈদা শকনাইরবা অইবা অমা শোয়দনা ওইরক্কনি হায়না থাজবগা লোয়ননা অইবসিগী "পনখৈনুংদা" হায়বা লাইরিকসি 'নাতনা' মীয়ামদা শিন্নজনুনা তুংকোইনা সাহিত্যগী সেবা তৌজনবগী পাঙ্গলসু নিজরি।

লিলোং চজিং
তাং ৩১। ১২। ২০০১ ইং

প্রসিডেন্ট
য়াইরোকপম গোনেন্দ্র সিংহ, নাত

## হিরম লাময়                                                    Page



---

বিজ্ঞানেশ্বর ( ১৯৬১ ) গী হান্না ফোংথ্রবা লিলা লাইরিকশিং

১। মতমগী কুরুক্ষেত্রদা বিশ্বরূপ দর্শন —১৯৯২

২। মতমগী হস্তিনাপুর —১৯৯৫

৩। মচেৎ তানা কায়থরক্লবা পুন্সি —১৯৯৭

৪। কল্পনাগী কুয়োম্নুংদা পুন্সি খরা —১৯৯৯

মকম — ব্রাহ্মন অমগী য়ুমগী মাঙোল ।

( গোপাল শর্মা চখোল্লকবৈ হুজিল্লকই। ইমুংদগী মচনমুপীনা খোরকপদা খবক চৎলুবগী রারী পুম্বা হৌদোল্লকই )

গোপাল — ইবেম্মা য়েংহৈদ্রেহৈ ভৌহৌরিবা খৌদোংদো. মিকুপ অমফাওবা পম্বনিংগ্রহুনা লাকঅবনি। ইরুজকমসু. খোং-হাম্ফমসু পুল্লপনা য়ুমহুদা পুনশিন্দুনা থঃ মাল্লে। কমসু যত্রবসু মশা ব্রাহ্মননি হায়বসি ঐখোয় তামোদো কাউগ্রমাল্লে ।

মচন — তামোনা মতমসিগী চৎন-লোনচৎ করিমত্তা খণ্ডমন্দবগী ভৌরবনি। হৌজিক্তি অহুঙাক্কনি।

গোপাল —হৈমা মসিমসু ইবুংসিনা হায়রিসি করি নৈগে খঙ্গ্রেনহে। মী অতৈ ভৌনজসসুনে, ঐখোয়দি ইশ্বর সেবা চৎলিবা মীশক্লিনে। করিগী নিতি নিয়ম ওাক্তনা পংশমদা হেক শমজিনবা য়াব্রো ? ইতৈমনা ময়োল অমা কয়া জ্ঞান তাখিদ্রে, মচাম্নপীদবু হোটেলদগী নও পাবুংতোনগী চা-বোরা লৌক্লচো হায়হুন' খোদারকইনে। ঐসে হোটেলগী চা থক্তে হায়বসি ঐখোয় তামোহু খণ্ডিবনি হায়বা। করিমত্ত অহু য়াবা নত্তে হায়হুন। খিংদে হায়বনি ।

মচন — তামোগী পক্কা গৌরিয়াহু মহোয় অহুরাইদি চৎনপোৎ নত্তেয়ে। অঙাওবনিহুম হায়বিরমদৌরিনি ।

গোপাল —করিগী অহুম্না পণ্ডহায় হায়বা য়াব্রো? ব্রাহ্মন বৈষ্ণবপু ইকাইখুম্নদবা য়াব্রো ? হৌজিক্কানসিদা ভৌরিসি য়েংভো, দেব কর্ম অমা খোল্লকপদা ঐখোয় ফম্ফম তোঙাল্লা

শেমত্থনা কর্ম্ম মফমত্থদা থন্বীফম থোকই হায়বা৷ মত্থ শুকতৌ তৌদনা কদায়দৈনো সাহেব ওইবা থরা ডাক্তর-ইঞ্জিনিয়ার থরা তরাম তরাম কৌশিন্দুনা অনান অনানবা ফম্ফমদা ফমহনথিবা৷ যুগসিদা ইবুং হিংগদবসি তনশিনলক্লে।

মচন --তামোগীদি অত্থ ঙাক্তনি। মী শুমক গ্যাস ষ্টোবতা চাক থোংনরবা মতমসিদা ঐখোয়গীদি য়াবিপোৎ নত্তে। ঐনা মরুপ হুনজরগা লৈনবা হোৎনজরেদনা, তত্থফাওবদা কল্লা হেক্তা থিংবি।

গোপাল — হায়, অত্থগুম্বা বাত্থ হৌনা ঙাংলকত্থ মী তাখিনি। শীঙনা থোংলিসিফাওবদা নাতৈ চাদবা মীওইশিংনা শে কলমগনি হায়না চিংনত্থনা নবুং ঐনা ইমুংদা শীঙ পুশিনদ্রিঙৈদা তুলশি মনানচিংবা শিজিন্নত্থনা খিকত্তোক চামথোক্লিবসে নঙনা করিমত্তা খঙত্রিবসি করিগীনো? নঙ তুকৎচক্লো মহোয়গী গ্যাস সিলিন্দর হায়বা পোৎশকসিবো? মহিঙ্গোলদা অনৌ-অপেন অমা পানবদা অজ্জা অসিমক্তংদি লাইদা কৎপিয়ু হায়ত্থনা নোংমত্তম্থ পুরকখিদ্রবা অরিকপশিংত্থনা অশেংবনি মাংদে হায়রগা নঙনা হেক্তা থাজরিবা করিগীনো? ইমুংসিদা ঐখোয় অনিথক লৈবদা অমাং-অশেং খঙনা চৎনবা ঙমদ্রবদি করি ওইবা তাই? নঙ জ্ঞান য়াম্না তাওকো ইবেম্মা।

মচন — ফরে-ফরে। অসোমগী তামোহনহোয়দা চৎপিক্লরবত্থবু করি-করি হায়রকঅবগে?

গোপাল —মহোয়গী বাসিদি হায়দোকপদা নুংঙাইবা ফংদ্রেনে নুপীমচা। ঐখোয় তামোদো অনৌবা পুন্সি অমা লেল্লম্লে। ব্রাহ্মনগী ফিজ্জোল হোংদোকহৌরে। মপান্থোংগী অরং-অরাক্তা তাউরগা মশানা মশাবু মশক খঙবা ঙমজহৌদ্রে।

মচন —তামোনা 'সিমদি তৌদবা য়াদে হায়দুনা কিং নমশিল্লম্বা য়াদ্রো ?

গোপাল —ঙাংনবদা য়াদ্রে হায়রেদনা। হায়দ হায়জল্লরগা মহোয় অনি চংদুনা থেমজিল্লকইনে, হন্দক নাত্তে অসুক চাদ্রবু কাং চিংবা লেপ্পদা করিসু নুংঙাইতবা তৌরুনু হায়রকই। ইশ্বর সেবা লৎপা য়াদে হায়সি ঐখোয় তামোদো কাউথোক্লম্মেনে ইবেম্মা।

মচন —অস অদুদি করম তৌবা তারিবা তামো ? ঐখোয়গী হৌজিক ওইরিবা ফিভমসিদা অসুক চাউবা থবক অমা পাংথোকপা হায়বসিদি ... — ... ... ।

গোপাল —মীগী মতেঙ লৌবা তাবনি। ইয়াম্বশিং লৈনা লৈনা লৈকায়দা হেক হায়জরুবা হায়বদো খিত্তং খঙ্গানবগী রানি। য়ারক্ত্রবদি কৈনো, মখোঙ কোল্লু হায়রসু কোনবা তারে মীবু উখিদ্রবদি ইকাইদে। ইবুংনা উপায় থিনি রাগনু। ঐখোয় তামোনবুদি অরোইবদা মশেমসি লাকখো অদুগা ইচিন-ইনাও অমুক্তংগা খন্নখিসি হায়হৌই।

মচন —কয়া মথাজদেকো তামো।

গোপাল —অদুক নুংঙাইনবা হায়রকপসু মাল্লি। তামোনা রাদু হায়রকপদা ইতৈমদি হায়হন্নিংদবনা পিশুম শুকইপোৎনিদা। মুপী ময়ুমদা লৈরুরবনিনা ইতৈমগী ইরায়-ইফু খরস্ত অদুক মখাংজরিবনি।

মচন —চৎলমদ্রবসু ফরমগদবা।

গোপাল —মদুস্ত হেক য়াবা নত্তে। রার-নংল মতমসিদা ইয়াম্বা অমা লৈরিবনিনা ফিবমসি সি সি লৈ হায়বদু ফোংদোক্লবগী রাতনি। মদুদা মহাক্না থওইবা থওইদবা কনা খঙজগে ? ইশ্বরগী থবক থৌরম পাংথোকনিনে মুপীমচা, কাংসু চিংগনি

ঋ.লোনগী থবক থৌরম অমসু লৈরি মতুংগী হেক মথংদা ইমাগী চহিগী উৎসবসু কৎকদৌরিবনি ।

মচন — তামোনা পাম্নীবা থবক থৌরম ময়ামসিগা থোকইবা শেম্থোক মতাসিগা ... ... ... ।

গোপাল — চেৎনা নিংলবদি শ্রীভগবাননা কৃপা তৌবিরকনিনে।

( হায়নরিঙৈসিদা রনজিৎ কৌবা মুপা অমা মমাংনগা লোয়ননা লাকমিন্নে। অজ্ঞানা তরাম্না ওকই ) ও, ইবুঙোশিং লেঙশিল্লকও । স্নাইদা সুম হেক্তা ফম্লসি। ( চৌকি অমনবা ২ থাজিল্লি )

রনজিৎ — য়াজরে অজ্ঞা । (তানিমক ফমগ্রে, মচনগ্গী ইমুং চংগ্রে ) মতমসি রথযাত্রাসু নকশিল্লক্লে অদুনা ভজ্ঞাগী মন্দিরসি রিপিয়ারিং খরা তৌবগী দরকার তারে হায়জরিবা ।

গোপাল —মতুংগীদমক্ত ঐখোয় তামো উন্নদবা য়াদে থল্লত্তুনা উনবা চৎলুরিবনিনে ইবুংঙো ।

রনজিৎ —হেরা অজ্ঞা, ঐখোয় খ্বাই লৈরিঙৈদবু অজ্ঞাচৌ অা অতোপ্পা লৈকাই অমদা লৈগ্রবদুদা সুম ঙাইহাক লৈতনা ঙাথু থেংথুক্রবা হায়সি নুংঙাইফাত্তেদা। ঐখোয়গীসু মায় খরা ঙাকপিয়ু কৈদোবগে অজ্ঞা।

মুপা ১ —অচুম্বনি অজ্ঞ', লৈকাইসিগী মচিন তোংবা খরা লৈ'র-বসিদা দোনেসন খরা তৌরুচো হায়রবসু ঐখোয় শেম শাদুনা লৈজরি ।

রনজিৎ —হেরা ভাই, হৌজিক্কী দরকার ওইদৌরিবসিদি অদুক য়াম্বা শেলফম ওইরোই হায়বা। ঐখোয়না অদুম পাং-থোকপা য়ানি হায়বনি। লাইয়েকপগী মতাংসিদু ঐখোয় ইনাও অমা লৈরি, মানা লোয়না তৌজনি। রিপিয়ারিং-গীসিনা মিস্ত্রি তানবা য়াবা তানরুনি।

মুপা ১ —লৈকাইসিদা অজ্ঞাগুম্বা ঐখোয়গা মৎ চানজবা ব্রাহ্মন অমা

লৈরিবসি থোইদোক্লা সুংঙাইজে। মাগুপ অমা লৈরিবসি থোইদোক্লা কান্নৈ, লুহোংঙে উৎসব মেলা তৌরে চাক চানরে কয়াদি সুংঙাইরে। হৌজিকসিদা লম্নদি মরাং কায়নরক্ত্রবনিনা।

গোপাল —ইবুংঙোহোয় উরগা ঐগী পুক্নিং চাউখংলে। লাকদৌরিবা রথযাত্রাগী থৌরমদা ইবুংঙোহোয়না সহযোগ পিব্রিদবা য়াবা নপ্তেকো।

রনজিৎ —মতেং পাংজগনি। ঐখোয় তুমিন্না লৈথোকদবা মীওই নত্তে। অজ্ঞানা চিংনবা লৈতনা অপান্বা তৌহল্লিংবা পুন্নমক হায়বিরকউ।

গোপাল —অদুদি ইবুংঙো রথযাত্রাগী মাংগুইননা মন্দির অমদি মাগুবগী শরুক খরদং শেমজিন শাজিনবগী থবকসি লোয়শিনহৌসিদো। ইবুংঙো রনজিৎ নহোয়গুম্বা খরা নত্তিক নঙাল লৈবা কাংবুসিদা ঙাথু থেংথুব্রবদি ৱারেনে নহোয় অজ্ঞাদি।

রনজিৎ —হক্লা নিংবা কায়বিখিনুদা অজ্ঞা। থবক থৌরম পুন্নমক ঙসি হয়েংসিদগী হৌজরগনি। কাং-পালিস্থ করিগী পুরোই? ঐখোয় অনিদি দেবালোয় সিগীদমক্তা তৌবা য়াবা তৌজরগে!

লুপা ১ —মমাংগী ডাক্তর অনিসিদা নিমন্ত্রননচিংবা খরা পি খোত্তনা তৌবিরুদবরা অজ্ঞা?

গোপাল —কদায়দৈনোদা, হায়রুবদা মায় চোপ্তনতা মতোকই। সুংশিবিগত্রা হায়দুনা কুম খুদিংগী হায়জরুবনি। কাং ২/৩ নি চনবগীদুদা ডাক্তর নুপী হৈশিংবীসে হেক্তা লাকনি। কুম অমত্তা ঐখোয় হন্দক্তি খরা ফৈ হায়রোই। ইবুংঙোচৌবগী পৈশা থাবসিদা ৱাবনা হায়রগা লুপা ১০০খক থিল্লকইনে।

'সিদবু কৈদৌরুদগে ? সিনি মহোয়দগী ফংবা মতেং হায়বু ।

রনজিৎ —ওহোকপা হায়ছনি মহোয়সিস্থ । মহোয়গুম্বা অমমম্বা কথোকপগী রাখল চেল্লকত্রিবসি লাইবক খীনিংঙাইনি । ঈশ্বরনা পিরকপা বাওদনবু মহোয়না অসুম্বা লেপ্পা ভমগদরনে ।

গোপাল —অচুম্বনিনে ইবুংঙো ঐখোয়না ভসি অসুম্বা লেপ্পা ভম্মীবসে ঈশ্বরগী থৌজালদগীনে । মীশিংসে রাখলসিমদি ইকাউ কাউনখ্রে ।

রনজিৎ —মতমক হায়বা য়াইবো অজ্ঞা । ঐখোয়না ভসি লৈবাক মীরক ভিনবা ভমজরক্লিবসি ঈশ্বরনা থৌজানবিবা নত্তনদি ভম্মোইদো । মতম অমদা ইরু ইয়াং তেকপমথৈ শু-খোম্লবদা মুংঙাইবা ভম্মদে । মোরেদা থর চৎ অরুনাচল বিহারনচিংবদা লল্লোন-ইতিক থরা হেক তৌরুবদৈ নিং নিং থর হৌগৎচরক্লিবনি । পৎ তৎথৈ নংভিচুদদি ইশ্বর নিং-শিংবফাও শংখিদে । হৌজিক্তি মতম ওইরে থল্লতুনা ... ।

গোপাল --হোয়নে ইবুংঙো হৌজিক্কি ইবুংঙোহে'য় থর য়াইফ-রক্লবনিনা ঈশ্বর ভক্তিদা থরা চংশিল্লকপা য়ারেনা ।

রনজিৎ —অম্তু খন্দুনা অজ্ঞাহোয়দা কদয়দা করি লৈরিং ভৌবা য়াবা হায়ছুনা হুংবা লাকচরিবনি ।

নুপা ১ —অতুদি ঐখোয় অমুক য়েনবা তৌরসিনা ।

গোপাল —লেংবিরগত্রা ইবুংঙোহোয় ?

রনজিৎ —থবক থরা লৈহৌরি অজ্ঞা অতুননি । হোরেন নুমিদাং-বাইরমসি অঙাংশিং থরা থারক্লগা হোবা য়াবা থবক হৌননবা হোৎনছল্লগে । কাংগী কুম্মৈসিস্ত নকশিল্লক্লবনিনা থবকশিংবু লোয়শিনহৌদবা য়াদবনি ।

নুপা ১ —ফরে অতুদি অজ্ঞা অমুক য়েনবা তৌজরগে ।

গোপাল —নুংঙাইজরে· ইবুংঙোহোয় য়োশিনবিগ্রো অতুদি । (মথন্তা)

ইয়াম্বা লৈ লৈতবগুম্মে। ঐগীদমক্তা 'সিমা তৌবিগেনে নংগী করি ৱাৎলবগে হায়রুনা হংবা লাকপিদ্রবা মহাকপু ঐনা সুম থন্দুনা লৈরুবগী করি কান্নখিনি? মুংঙাইনা পুন্সি লেনবা য়ানবা থবক তৌবী মৈতৈ মুপী 'অমগী মফমদা ইয়াম্বনা তাংজকম লৌথ্রবনি। মাদি পুম্নমক কাউথোক্লম্লগনি, শ্রীগোবিন্দ নিংশিংলম্লরোই। (কপ্লি কপ্লি তৌরকই) মহাক্কী শঙ্গোই মচি অমদা চুন্দোকহৌবা ভাহাংবা য়ু লিক্লি ময়ামদো, অস, মতুং মীগী মমাংদা লেম্মি হায়রুনা উৎথোক্লিবরনে? ও! মাঙলেদকো তামো নঙ! (মতাংসিদা বিলাশিনি কৌবী মুপী অমা লাকই)

বিলাশিনি—হৈমা অজ্ঞা, করিগীনো ঙসি থৱায় মুংঙাইতবগী মওং অমা উৱিবসে?

গোপাল—ইবেম্মা, লেংশিল্লকউ ফিদাসিদা লেংশিল্লু।

বিলাশিনি—য়ারে অজ্ঞা (ফমথখি)

গোপাল—ঙসি ঐগী থম্মোয়দা অৱাবসু মুংঙাইবস অনিমক চপ মান্নবা ফাওই ইবেম্মা। ঐগী তামোনা ঙসি লেলহৌরিবা পুন্সি মরেন্দ্র উরুবদা কপ্পিংই। ধর্ম্মগী থবক থৌরম কয়া মতম চানা পাংথোকপা ঙম্মরোইদ্রা হায়না খঞ্জানরিঙৈদা 'সিদগী কারবাররালা রনজিৎ হায়সি লাক্তুনা অৱাং-অপা পুম্নমক মানা মেনশিন্নবা হোৎননি হায়বিরম্মে। পুক্লিংসে ইরুম হেক লম্মি ইবেম্মা।

বিলাশিনি—মাদি বিহারদ। চৎখি হায়রুবু হল্লকঅবোরে। মে রেদা—মতম খরা ঐখোয়গা তামিন্নরম্বনি। মাসু অতুম পুকচেল চাউবনি অজ্ঞা। লাইগী থবক থৌরম তৌবদা সিমা তৌবিয় সিমা ঙন্নীয় হায়বদা য়াদৌবা মীওইনি! অদো অজ্ঞা মানা কাং চিংবগা মরি লৈননা করি করি ঙম্মি হায়রম্মবগে?

গোপাল —ওসিমক মী থারকুনা মন্দিরগী শেমজিন শাজিনবা য়াবা কয়া হৌরগনি হায়রন্মী। অতুদগী হেন্দোকুনা কাং পালিসু অতুম পুজনিদা।

বিলাশিনী—ফরে অজ্ঞা, কাং চিংলবা য়াবা নত্তে। ধর্ম্ম কর্ম্মগী থবক হায়সিসু থাদোকপা য়াবা নত্তে হায়জরিবা। ঐগী মায়কৈদগীসু তৌবা য়াবা থরা তৌজরগে অজ্ঞা।

গোপাল —ইবেম্মসু সিগুম্বগী থবক থৌরমদা পুক্লিং অতুম লুপশিল্লকনি হায়বা ঐ অতুম থগুলবনি। মুংঙাই নহোয় ময়ামসে লৈবা।

বিলাশিনি—তৌদবা য়াবরনে অজ্ঞা, হুম্মি মরিনী চনবগী অতুরাইদা ঐ শোয়দনা তৌবা য়াবা থরা অতুম তৌজগে। অয়ুকী উৎসবশিংতুসু কায়দনবা হোৎনসি। হুমিদাংগী থৌরমগী মপাং মপাং ওইনবা ঐগী অঙাংশিং মুপীমচা কাংবু অমা লেরি, নাম শোনবসি মহোয়সু য়াওহনসি অজ্ঞা।

গোপাল —য়াইনে ইবেম্মা।

বিলাশিনী—মহোয়না শক শোনবা গীতগোবিন্দ ভজন অমা অতুক সেবা ফংহনবদা করি থোইদোক্না কায়রোইনা অজ্ঞা?

গোপাল —ওম্মোকপনিদা ইবেম্মা, নাম শোলহনবদবু করি কায়দৌরিনো?

বিলাশিনী—মরূপ মপাং থরসু অতুক ঈশৈ তাবা লাকনি। অতুনা অচা অথকী মতাংদসু পংনোপ নোপথবা য়াদ্রি। অতুবু পুম্নমকসিগী দায়ত, ঐনা লোয়না লৌজগদবনি, অজ্ঞাদা করিমত্তা নাকোং থাই চিলহনগদবা নত্তে। সঙ্গসে তৌজরোই হায়তুনা তুমিন্না লৈবসু য়াদেদো। শেন্দান লম্বী থিবদা ফিবম্না য়াদতুনা অচৌ অশাং থরসু হেক মথগুনরুই।

গোপাল —য়াম্না মুংঙাইজে ইবেম্মা। ইবেমহোয় খ্বাই লৈবদগী ঐ পুকচেল চাউবা ধর্ম্ম লৈবা ব্রাহ্মন হায়বসু ওইবা ঙমজগে।

( গোপাল, য়ুম্নোম্ববা রাকেশ, বিলাসিনীগী মচানুপা অমগা খোন থরা কল্লপ রা ঙাংনরম্মী )

রাকেশ —অঙ্গাণা য়ুম্নোম্নৈ হায়দুনা ঐখোয় করিমত্তা তৌদবা তাব্রে্‌া ? হৌজিকসিদা ঐখোয় সরকারগী থবক অমত্তসু ফংহৌব্রবনিনা করি তৌদুনা লৈগনি ? ওক-য়েন থরা লোইদুনা ইমুং-মন্নুং থাকচবনিনে অঙ্গা, মসিদা অঙ্গাগী পুন্সিদা ঐখোয়না অকায় অতোয় থোকহনরা য়াওগ্রনরা ?

গোপাল —অকায় অতোয় থোকহনবা হায়বু মুমিং চুপ্পগী ওক ময়াম্মা লাও-খোংবগী মখোলসে ব্রাহ্মন ঐদি তাবা হৈবা ঙমজদ্রেনে ইবুংঙো। ইবুংঙোহোয়গীসু মদুনা জিবিকা ওইরিবনি হায়দুনা ঐখোয় ফনা য়াম্মা রা ঙাংদনা লৈরম্বনি অদুবু হেনমল্লে, মনম মহানসু ১ল য়াদ্রে করিনো ফরসু ফত্রসু ব্রাহ্মন অমা য়ুমথংনরি হায়বগী রাথল থজিক্তসু তৌবা ফৈনা।

মমাম্নবা —অতুদি তামোনা হায়রিসিদি থবকসি তৌবা য়াদ্রে Not permitted হায়বনিনে। তামোহোয়ঙম্বসে চহিদি নহা ওইজরবসু রাথলদি অহল ওইরবনিনা থরা শবাবা থাংবিবা তারে। ঐখোয়দি তৌথিদৌরি ঐখোয়গী পুক-চাক অঙ্গানা হুনবিপোৎ নত্তে।

গোপাল —বিষ্ণু, বিষ্ণু, ব্রাহ্মন ঐখোয়দবু অসিগুম্বা রা তাহনবকো।

রাকেশ —চৎলসি কাম্নদে, 'সিগী মীওইসিগা সুম ঙাংনদুনা করি ফল ফংঙক্তদৌরি হৌজিক, নোংমাংথা মংখোংদা চুহি দিন

অমা হৈজিন্দনবু থুস্ন্নে। অঙ্গা মতুংসিদা ঐখোয়দা অপনবা অমত্তা পিরকপা য়ারোই। থোকখ্রসি। (অনিমক চংমিন্নখ্রে)।

গোপাল --ওস্থোকপা লাইবক হায়দু তারে, মুমিদাংৱাইরম হেক ওইরকপগা য়েংহৈদ্রবা উপদ্রপ ঙাক্তা উরিবসে। চেরং অমমমদা হাপ্প া য়োল্লিবদো অতৈ ক'রি পোৎশক ওইরম-গদগে? মহুবু পাখং ময়ামসিনা কয়া পাম্মা লৈরিবা? মহোয়না ৱারিস্থ শাম্নরিবা বাজারদদি লৈশাবীস্থ য়াম্না লৈ কায়না। তাহৈদবা ঙাক্তা তারে, উহৈদবা ঙাক্তা উরে-দকো তৌরিসে। মুপী-অঙাং থিহৌদবা ফৈদকো। ইচা লৈরবকান্দা ঐগী থোইদোক হেন্দোকচবা গৌরিয়াসিবু খংলক্তবা তারদি থম্মোয়সে চাক্না লেনগনি। (ইমুংদা চংখ্রে মচনমুপী ইবেম্মা থোরকই তাঞ্জাসিদা বিলাসিনস্থ হেক য়োরকই)।

ইবেম্মা —ইচেম্মা, লেংশিনবিরকউ। চৌকিসিদা অমুক্ত ফম্বিয়ু।

বিলাশিনি—(ফমখি) ইনাওগা ৱারী মতেক অমত্তং শানিংঙিয়ে। নত্তে, নহানগীত্তবু করি করম্না চথনবা তারবগে?

ইবেম্মা —নহানগী হায়বু ক'রিনো ইচেম্মা?

বিলাশিনি—ইইস, অমুক্তস্থ খঙশিন্নদবা শারিনে। লৈশাবী মপুং হেন্দোক্না ফারবী নঙনা মহুবু খঙশিন্নদবা হৌনবরো? নত্তে নঙগীসিবু ইকায়জরিবা কাম্নহুরো?

ইবেম্মা —ইচেম্মা মহুবু করম্না ওইথোকপা য়াগদৌরিবনো?

বিলাশিনি—ওইথোক্তবা কয়া ওইথোকহন্নবা হোৎনরিবসিদি কমদৌ তাবা? হায় পঙগমু, পঙগমুকো ঐনা হায়রিসিনি। ঐনা নহোয় তামোদা মতেং পিরিসিদি অহুক মথৱাই হরাওনবা তৌ শারি' হায়হুনিনে। মাগী নিতি নিয়ম অকনবসিগী

মখা পোন্না অত্থুম হিংলবদি নপুন্সিদো মুংঙাইফম খঙল-রোইনে অপঙবী ।

ইবেম্মা —করমদি তৌনি তামোগী অহকপা নিয়ম-কাননময়ামসিগী পনখৈম্নুংদগী পঙলবী মতমগী ইরাং খঙব্রবী ঐনা করম্না নাম্থোরকপা ঙমদৌরিনো ? ইচেম্মস্থু খনবিয়ুনে, অরিবা চৎনবীগী লিপুন্না চেৎনা তামোগী থব্নাই হকচাং পুম্মক পুনশিনগ্রবনি । মহাক্কী বাখল মিৎয়েং অসিগা চান্নগদবী মুপী লৈরম্নরোই খন্দুনা হৌজিক ফাওবা পাখং ওইত্থুনা লৈরিবসিনি ।

বিলাশিনী—অত্থুনা তামোগী বাফম্লিনা ইবেম্মা । নঙবু নহোয় তামোনা মতম খুদিংদা মহাক্কী খুবামনুংদা পায়শিন্দুনা থমগেদি হায়রম্মোইদা । পামজদবা মাগী পামজদ্রে, ঐখোয় করিস্থু হায়বিত্রিসিনি । মুপাগা মুপীগদি মান্নদবা খরা লৈরি । নঙগী পুন্সিসে অস্থুম্না অকায়-অতোয় কয়া য়াওদনা লেনগনি হায়না চাউথোক্লা খন্দুনা লৈথোকম্মু । ইচেহোয় য়াম থেংনরপোৎনি । আশা কয়ানা নিংখায়রকপদা ঐখোয়গী পুন্সি, বাখল খম্মোয় লৌখৎপা য়াদনা কায়রকপা শোয়দ্রবনিকো । ইনখৎলক্লিবী বাখল মপুং ফাদ্রিবী চহী ১৬/১৭ কী লৈশাবী মচাস্থু নত্ত্রে নঙ ।

ইবেম্মা —অত্থুগুম্বগী চহী মতাং ওইদত্থুনবু বাখল খরা খন্থত্থুনা অস্থুম্না হিংলম্লিবসিনে ইচেম্মা । ইনখৎলকপা মতাংত্থদা অস্থুম্না ইচেম্মনা লমজিংবিরম্নদি হেক্লা বাখলগী পলেপফম থমদনা থোকঅবা অমা হেক্লা তৌরম্মদৌনি ।

বিলাশিনি—মতমগী হোংলক্লিবা ফিবম, খোংথাং খুদিং নঙনা য়াম্না কুপ্না য়েংশিল্লদ্র মুপীমচা । ঙসি রনজিৎহোয় ঐখোয়না নহোয়গী ত্থুংদা চীংগুম্না লেপ্লিবসে ত্থুং কোয়খিনি কনানা খঙবা ।

হায়দোক্লবদি মুংঙাইবা বাকম নত্তে রনজিৎহোয়সে অতুক হাল্লা ভক্তি মার্গদা পুক্নিং লুপশিনবিগদবা মীওই নত্তে। মাগী তৌবা ওয়া শক্তি থরা লৈবাক মমাংদা উৎথোক-চরম্বতনিনে। অসি হায় হায়তুনা ঐখোয়বু ওইজ য়াম্না থিবা মীওইশু তাহনগনু।

ইবেম্মা — ভাব তাজরে ইচেম্মা, অতুবু লুরিবদি লৈশাবী অরিবী ওইরবী ঐনা সমাজগী চৎনবী পনসিবু অকি-তুক্তুং লৈতনা লাম্থোক্লগা তৌওয়ী অমগী শক্লোন কয়া লৌজো হায়বগে?

বিলাশিনী — ঐনা কদায়দা তৌওয়ী ওইয়ু হায়গ্রবগে? নমান্নবী কয়ানা ভান্নিদা পাওথোকগ্রবা থবক্লিনা মতুদে। থৌনা লৈয়ু, মীকিথি ওইগনু। কৈ মমায়দা থুবাক্লা থারুচো হায়বসু নত্তবা, মুপা অফবা, ইজৎ লৈবা, হৌজিক মতমগী য়ক লাউবা অমদা য়ুম পাল্লু চায়রগা করিগীনো অস্তুক য়াম্না ওাংনরিসে। তৌবতবু নওনা বামনম্নবী অমতুনা মৈত্তে, অতুবু কৈদৌএগে হৌজিকসিদবু?

ইবেম্মা — ইচেম্মগী কৈদৌএগে হায়বতু ঐখোয়গী ইকমদদি চীংজাও অমনা নম্থরকপগা চপ মান্নেদা।

বিলাশিনী — মতুনা নহোয়না হৌজিকী আধুনিক সমাজসি মুন্না মশক থওমন্দবী ওইবদগী হায়জবনিদা। কয়া কুইনা মমা-মপানা মবুং-মপানা জাৎ তিন্নদবদা ওংখি হায়তুনা ইস্থোকপা ওমগদৌরিবা। নত্তে, মুপাতুনা old modelগী মুপা শা চাজদে য়ু থকচদে ধর্ম কায়জদে হায়তুনা চক্ষুৎ ওই রম্মগদি খওত্রে যুগসিগী অরং অরাক জীপ কার য়াওমতুনা লৈরিবা অমদা চৎখিবদা শাওনিংওয়া পুন্নমক্তু ওসি থয়া ফ হয়েং থরা ফ হংচিত্তি পুংফ ফখিতুনা ইচাদনি, ইচন্দনি জ্ঞান তাবী মুপীসে হায়নগনি, য়েংউদনা ঐনা হায়বা।

ইবেম্মা —অচুম্বা ওইখিবা য়াই অতৈগী মকমদা অদুবু ঐখোয় ইমুংসিনা ওম্হোকপা থাক অমদা লৈখিবদিদা।

বিলাশিনী—ঐখোয় ইমুংগী বা থমখো। মশা Taxation officer ওইরবা মীশক্তুগী করি অৱাংপা লৈরিবগে, অমুক্তুংগা কুপ্পা Interview তৌরগা ইচেদা খঙহল্লকউ।

ইবেম্মা —য়ারে ইচেম্মা, ৱারী শানরে, ইচেম্মনা হায়রিবা মতম-সিগী মীওই হায়বদো চপ চানা ওই, মাগী ছিত্র পিনিংঙাই লৈতে।

বিলাশিনী—বস, অদুনিদনা, অদুথক্তনি মরু ওইরিবসে। য়েংঙোই, ইনম্মা থবাতোম্মা মেমচৌবীগী মুপা অমা হায়নৈ হায়য়ে, য়েংনরুরগদি ধর্ম য়াম্না লৈ, ঙা চাদে রা চাদে, তৌবতবু মশাগী কুশি রাশিদা থবক অমত্তা তৌ ঙমদে, মমাদা তলব খুরুম খুরুমদুনা কৎলি, ফুরিৎ অমা লৈবদা মমাদা হংঙি হায়য়ে, মেমচৌবীনা শাউবনা অদুগুম্বা মুপাদা করম্না লৈ ঙমদোরিবা হায় হায়সি তাদ্রো। ঐনা শিল্লক-ইসিদি অদুমক্তি থোক্তে হায়বা।

ইবেম্মা —মতমগী য়ক লাউবা মীওইশিংতবু পাম্নরক্লেনে ইচম্মা।

বিলাশিনি—পামদদি কৈনো অদুবুদে, হৌজিকসিদবু নুংঙাইগে য়াই ফগে খন্দনা ৱাজগে হায়দুনা নারান খুরমগত্রনে নঙনা হায়রিসিবো? চহীসি খিত্তং লৈশিনখিদুনা তৌবৈ ৱানি অদুগা নত্রদি ইচাসু ইচাগী থোকপা হায়দুন। ঐসু থোকপা অমদি তৌরমদো জাৎনিদা।

ইবেম্মা —ইচেম্মগী ফান য়াই পুন য়াইসিদা ঐ হায়ফম তৌফম খঙলক্লেদা।

বিলাশিনী—নঙ ঙাওগনি। নঙগী মতমদু লাকঅগদি হেক্তা ঙাওনি থাজোনে ইচেনা হায়রিসে। হৌজিকসিদা লৈশাবী মচা

পাথং মচা অমমম ওইনদুনা হোটেলদা করিদা তোয়না উন-খোংনবস্থু শংনয়রোই। মাগীদি ইচেম্না লোয়না তৌবিরো হায়নে নোক্লিংঙ্গনে সিবো। লোয়রে নহোয় অনিগী ৱা হায়বু জাৎ তিন্নদবগী সমস্যা মচা সিমত্তা ঙাইরে।

ইবেম্মা —মসিনি খ্বাইদগী লুরিবদি ইচেম্মা।

বিলাশিনি—ইচে লৈরি বাগমু। ইচেনা পুম্নমক য়ানবা শিনগনি। সুপী নঙদি লায়রদনা য়ুম লেপকদবা সুপাত্নুফাওবা খুদোংচাবা য়েংদুনা ফং পাইথোকখ্রিসিনি। নঙদি য়ুম লেপকদবা খিন্দুনা লৈগদবত্নসু নত্তে। করিগীনো অত্নক য়াম্না কিগল্লিববো? নহোয় তামোনা কয়া য়াম্না মিনুংশি খঙলোইদৌরিবা? মাগীদমক্তা লেপ্লিরম্বা পুম্নমক্না স্বাই মাঙথোকখ্রবদা মানা কয়া কুইনা সুঙ অতেকপা শম য়াদবৈ কিবমদা লৈদৌরিবা? ৱা য়াম্না ঙাঙনবৈ কান্নদে। ৱা অমবু হায়দৌবা লৈরিনে ঐ তারে খঙলে, নঙ সিদগী দেবান শর্মা হায়বা পুংয়ৈবতগা মরি লৈনৈ হায়বসে। ইচেনা হায়রিসিনি মরিত্ন থুনা ককথৎনগদবনি। ঐ থেংখ্রে চৎলগে লৈহোরো লৈহোরো। ( চৎখি. ইবেম্মা ঙাইহাক্তং ৱাখল থন্দুনা লৈ. পুংয়ৈবা দেবান অমদি সুখদেব চংশিল্লকই)।

সুখদেব —করিনো ৱাখলদা লুপ্তনা লৈবদৌনা তৌরম্লিসিবো?

ইবেম্মা —এ, তামোশিং লেংশিনবিরকউ, ফিদাসোমদা।

দেবান —য়ারে, ঐখোয় ফম্মরোই।

সুখদেব —ভারতকী ক্লাসিকেল ঈশৈ শকপা ময়াম কৌথদুনা ভজন কীর্তনগা য়াম্না শক শোলহন্দৌরিমান্নেনে। সঙ্গ লৈবা হায়সি হেক্তা য়াদেদা। কুম্মৈ সুংঙাইদৌরিদা, শিল-লাংবিনবা

মীনা ওপার অমা চোংথোরক্লবনিনা ।

ইবেম্মা —কনায়দৈনোদা তামো হন্দকী মফমসিদদি নচনখোয়দি করিমক্তা ওমজক্সে খুলনা খোকপা তৌবিরো হায়জরবনি ।

দেবান —য়াম্না কৈ দেবালয়সিদা অওনবা অমা য়াম্না থুনা লাক-দৌরিসে । তরাম্নসু ওকফম খোকইনা কৈনো । য়াম্না মুংঙাইবা পাউ অমসু তাব্রিএ ।

ইবেম্মা —করি পাউ তাবিরবগে ?

দেবান —অনৌবা য়াম্না ইজৎ লৈবা সহর ময়োলগী নোংবান অমা থুংলরে হায়না তাই । মতুগীদমক মুংঙাইবা ফোং-দোকপা লাকচরিবনি ।

ইবেম্মা —কৈনোনে হায়রিসিবো, ঙাইহাক্তা ইংনা অমুক্তা ফম্বিখো কৈদৌবগে, মরি মখোং শন্নদবা পাউ খরা পুত্থনা লাকপিরে ।

সুখদেব ––হেরা ইবেম্মা ঐখোয়সু শম্না হায়রবদা গুপ্তচর অমগুম্বনি । পাউসি মীনা মকা ফোংদোক্তবক তুসু হেক্তা খঙদোকপা ওম্বা ।

দেবান —খঙশিন্নদবা ভৌগসু মতুদা ঐখোয়না করিসু অথিংবা পিগদবা নত্তে । কৈ, মতমগী খোংলৈ মতুংইন্না অতুম চংলু । পুন্সিবু মপাম্মোংগী অরং অরাক্পা লৈতে'হনবা হায়বসি পুংফমসিগীদি তৌদবা য়াত্রবা অমা ওইরবনি ।

ইবেম্মা — ঐ করি হায়গদবনো খঙত্রে ইরালবু অসুক থিনা শিজিনবিরবসিদা ।

সুখদেব —অতুবু ইবেম্মা, অরংবা খুদিং সনা নত্তে হায়সিদি কাউ-বিম্নকো । নহোয় তামোগী ওইরিবা মওং অতুগা ইশাগী জাৎ ধর্ম্ম নিংশিংবিয়ু হায়জরিবা ।

ইবেম্মা —ঐগী রাখল, পুক্নিং হকচাংদা অওনবা লাকখ্রে করম্না খঙবিবগে ?

দেবান —নঙগী মাংদা লৈরিবা লাকশিনমা ওমগ্রর্বা শক্লিশিং অহুম্মা নশাবু তপ্পা তপ্পা খুঁহুম চনশিল্লকপা ঐখোয়না উরে। ক্লিবমশিং অহু উরুরগনি ঐখোয়না হায়রিবসে। ঐখোয়গী বাদি থম্বু থমখোনে। তামো অমদি দেবালয় অসিগী মরমদা মিকুপ অমত্তদি খন্থবা ফৈনা।

ইবেম্মা —মহু করিমত্তা খন্ত্রে অসিরা ?

দেবান —বাখল মুন্না খল্লবদি অরানবা মঙংদা খুঁহুম চনশিল্লবা হোৎনরক্লিবা শক্লিশিং অহু মাঙহনখিনবা হোৎনবনা ফত্রা ? লমচৎ মাঙলবী, মশাগী নুংঙাইনবখক্তা য়েংগ্রবী, ভোগ-বিলাসতা লুপ্তনা মচা ফাওবা য়েংবা ওমজগ্রবী মুপী অসিগী লাংদা করিগী থুক্লরি ?

ইবেম্মা —অহুগী ওইরে, মহুগীদমক্তদি করিমত্তা চিংনবিগনু ইচেম্মা বিলাশিনীগী মিৎয়েং মখাদা ঐখোয় লৈরা নত্তে। অহুক ময়ামগী মমাংদা ইমুংগী ফিভম ফত্তে, হায়ম্নুনসু তোকপা য়াদবা লাইগী থবক থৌরম খরা লৈবনিনা মহুদা তেংবাংবিনি হায়হুনা মায়রোং য়াররিবা মীশক অমবু খরা তরাম তরাম তৌদবা য়াদবা মতাং লৈবননি। মহাকা বা হেম্না তোরোৎ খাদানরুবা নত্তে।

সুখদেব —মহুদগীনিনে রা পুম্নমক কায়খরক্লিবসিদি।

দেবান —অচুম্বমক্লি। কাং থলোম্নচিংবসিদি য়াম্না ধুম ধামদা পাংথোক্তবসু য়াইনা করিনো ? মপানগী মতেং লৌরুদ্রবসু ঐখোয় খরনা পাংন শানবা অহুম শিম্নবদা থোকই হায়বা।

ইবেম্মা —ঐখোয় তামোনা 'সিনা ফৈ হায়না লৌগ্রবা ফিরেপনিনা মহুদা ঐখোয়না য়েংলুবা ওম্বা নত্তে।

দেবান —তামোগী অচম্বা বাখল, মীওই খুদিংবু আদশগী মিৎ-য়েংদতা য়েংবগী হৈনবী অমা লৈরিবা অসিনা নহাকী পুন্সিদা

অচৌবা মাঙজবা অমা লাকপা য়াই। মসি ঐনা নহোয়গী চংখৎলক্লিবা খোংথা সিদা অপনবা পিগে হায়তুনা ভৌবদি নত্তে। মরক্তা ফেনজিনবগী ইথৌসু লৈতে।

সুখদেব —ঐবু হায়জৌ হায়রদি মশাগী ওইজবতা য়েংগ্নবা অমাং অতোংগী অঙ্ক হোত্নেনতা লৈরবা মীওইশিংসিগা নহোয় ঐখোয়গা মত সঙ্গ ওইক্নবা হায়সে, তুংদা নিংঙমদবা লাকনিকো।

ইবেম্মা —পুম্নমক খঙজরে, ঋিম্নংশিগী ঈচেলগা মহোয়গী তেংবাং খর-সিগা মরি অমত্তা লৈনহল্লোইসে, ঐনা হায়জরিবসি থাজবিয়ু।

দেবান —চঙশিল্লক্লিবা খুং অসিবু তরাই তরাইনা নঙ ঐনা ইস্থোক-খিবা ঙমগনি খল্লিব্রা? পংলাই লায়না খনগনু। মরমদি নোংবান শারিবা ভদ্রলোকতুসু অচম্বা মীওই নত্তে, যুগ-সিগী য়ক লাউরবা হায়নবীনি।

সুখদেব —হিরমসিদা ঐখোয়না পংলু লুনা খনজিল্লবসু য়াদ্রি। মহোয়গী লাংদগী থাস্থোকপা হায়বসিদা ইবেম্মগী চাউরবা হৈশিংবা লৈ। তৌফম থোকপা ইথৌদাং অতু ইবেম্মনা পাংথোকপিরবদি রা করিসু য়াম্লদ্রেদনা।

দেবান —মতমশিনদি থবক খৌরম খুদিংদা অচৌবা শেনফম থাদনতুনা হিদান্নবগী মওংদা চংশিন্নবগী মওং অমা লাক্ল-বনিনা অসিগুম্বা হিদান্নবা অসিদা তামোসু খংশোৎ শোৎথনা লৈহৌগদ্রা হায়না চিংনজবা অমব্রুদি লৈরম্বা য়াই।

সুখদেব —নৈনরিবসি লেয়বা খম্বা নায়ল্লোই। অতুনা ঐখোয়না তৌগদবা হায়ববু ইবেম্মগী পুক্লিং রাখল নৌহৌননা মথুম মরাং হৌদনবা অকনবা ফিরেপ অমা লৌহন্নবা হেৎনবগী দরকার অমা লাক্লে। তোয়না উনতুনা পাউ হোৎলক্লতুনা হোঙলক্লিবা ফিবম কয়া চেকশিন্না য়েংশিন্দুনা লৈস।

দেবান —চুম্মী মতুম্না তৌগদবনি। মপানগী মীনা খুহুম নৈখিবা হায়বসিদা ঐখোয়গী অশোনবা খরা অতুম য়াওশিনখিগনি। ফরে ঐখোয় অমুক য়ৌগ্রগে। তোয়না উন্নসি।

( গোপালনা ময়ুমদগী থবক চৎকে থোরকপগা রনজিৎ অমদি মমান্নবন্থনা লাকপগা হেক চানরৈ )

রনজিৎ —অজ্ঞা কদায়দা লেংবিরুদৌরিবনো তৌরিসিবো। ঐখোয়দি অজ্ঞাগী দরকার অমা লৈত্থনা উন্নবা লাকচরিবনি।

গোপাল —ইবুংঙো ঐ খাইরম্বন্দা ঙাইহাক্তা চৎলুখিগে হায়ত্থনা থোরকইসিনি। করি করি তৌদোবা লৈবা। ঙাইহাক্তং লেংশিনখিগদ্রা ?

রনজিৎ —অজ্ঞা য়ারে, ঙাইহাক্তনি অজ্ঞাদা কুইনা অপনবা পিজ-গদবা নত্তে! সুম তৌবনি, হুয়েংসি ননাইশিং ঐখোয়গী করি হায়নি মতমগী চৎনবী পার্টি মচা অমা ইশম শয়া হেক হায়রবদ ঐখোয় মীওই কুনমুক্কী চাক চানবা অমা শিঙ্গরিবা। অত্থদা অজ্ঞানা চাক ঈশিংসি থরা হোৎনবিদ্রগদি

গোপাল —লুইনে নহোয়না হায়রিবা খাফমসিদে। নহোয়গী মায়সু ঙাক্তবা য়াবা নত্তেদো। ইকায়-ফিরুক থুমগদবা মতাং কয়াদা ঐবু শৌগৎপিরক্লিবনি। অত্থবু ইবুংঙো হন্দক মতাংসিদি নঙ অজ্ঞাবু শরুক য়াহল্লমু কৈদৌবগে ?

মমান্নবা —করিনোনে হায়বিরিসিবো? ঐখোয়গীদমক্তা অজ্ঞানা করিমত্তা হোৎনবিবা ওয়রোই অসিরা ?

গোপাল —ইবুংঙো শাউন্নুকো। নহোয়না খঙলিবত্থমঙাই, ঐদিনে মৈহৌরোলদগী অমাং-অশেংসি থরা থায়জরকইনে, অত্থননে।

রনজিৎ —ভাব অমা ইতা তানদ্রে তৌরিসি। ময়ামগী চানরিবা চাক ইনশাসি অজ্ঞাদা থোংবিয়ু হায়জবনি। মতমগী

য়েনশাং থম্না তৌশিন্না হায়ত্বুনা তৌরম্বনি অল্বু ডাইরেক্তর অমা য়াওরিএ মাদি ঙা নত্রদি অতৈ অমত্তা চাদ্রে হায়. মাগী য়েংত্বুনা রৌ-শরেংগুম্বা ওইনা চারসি হায়নরে। ঙা থোংবসিফ'ওবদি অজ্ঞানা মাংই শেংই অমুক হায়রক্ল- রোই খন্দুনা লাকচবনি।

মমাম্নবা — খঙদ্রে অজ্ঞা হৌজিকসিদা অতৈদা অমুক কোইচেন চেল্ল্‌দো শরুক অজ্ঞাদা লোয়না শিন্নজরম্নগে।

গোপাল — ইবুংঙো ঐগীদি থায়নদগী চৎনরকপা বাক্ম অমা লৈবনা থম্ব মুংঙাইরোইদোরে কমদোসিগে ?

রনজিৎ — করিনো লৈত্বুনা ঙাংনরিসিবো- চাক খিক্তং থোংবিয়ু, অজ্ঞাহোয়না থোংবনা মচু তাবত্বু খিক্তং হেনগক্লা ইমান্ন- বশিং লাকদোরিবনিনা, হায়ত্বুনা তৌবনি। ঙাংনরিসি ভাব অমমম্নদা লোয়না চৎনরমান্নেদা।

মমাম্নবা —অজ্ঞাগীসি মমুংদা বা অমা লোৎপগুম তৌই। কৈদোগে অজ্ঞা পুকচেল শেংদোক্লসি। নহানথৈ অরৈ লৈত তানত্বুনা তৌবা য়াবা তৌনখ্রিত্বুনি। অনিংবত্বু দোং দোং হেক্তা হায়দোক্লসিদা।

গোপাল —ইবুংঙো, শেংনা হায়রবদা অজ্ঞাদি অমাং অশেং থায়না থম্না চৎলি। ঙা ইধৌ হাক্তক্তগী অমাং অশোয় শম্ন- রক্তবনি হৌজিকসু ঐনা মত্বু থম্না ঙাক্লা চৎপা তারি। হৌজিক্কী নতোয়গী তিলহৌ-চনম, মপান লমগী কারি করি মরু মরাং ময়ামত্বু ঐখোয়দি কয়া হৈনদ্রেনে। অত্বুনা চাকচা-হৈজানবদদি হৌজিক্কী নহারোলশিংনা ঐখোয়বু কয়া পাম্বীনোৎ নক্লেদা।

রনজিৎ —খিৎ হাকমনগ্রেদা, মরোইফাও মাংই হায়জিল্লকম্নদি।

মমাম্নবা —হোয়নে খিৎ হেনমনগ্রেদা। লম্বেল মতাইদা অমাংবা

লৈরম্বা থেংনরবদি লম্ফেলহুফাওবা মাংডি হায়দুনা বোই-কোৎ তৌকী ফিবম অমা লাকএ হায়বানি ।

গোপাল —ঐনা নহোয়গী নতেং পাংবা ঙমদ্রে হায়দুনা বারৌনবা য়াবা নত্তেকো ।

রনজিৎ —করিগী বারোরোইদৌরিবা অজ্ঞা। মাঙলমচৎকী থৌদোক খরা নিংশিংবিয়ুদা । মত্থু নিংশিংনরবদি ঙসি অজ্ঞানা ঐখোয়গী মায় ঙাকপিদ্রিবসি খর খন্থরপ তৌরগা মাই হায়বা ঙম্মোইদবনি । কৰিনো তৌনরিসিদি, থবক থৌরম অমা লোয়থিবা ঙরাংতা ঙাইথ্রিনা ।

গোপাল —যাম্না বারৌখ্রেনা তৌরিসিদে । ফিবমসি ফরকওই-দৌরিনা। ইবুংঙো, নঙ অজ্ঞাগী মফমদা ফত্ত-নুংদ খনগনো । ঐ অতৈ অতোপ্পা থিবা য়াব্রা য়েংউখিগে ।

রনজিৎ —পংব্রা বাবিরুরনু অজ্ঞা । হৌনব্রা হায়দুনা অজ্ঞাগী নফমদা চংজরকপনি । য়ানিংদ্রে নুংশিদ্রে হায়রবনিনা করি মখা অমুক তারুখিনি। চংজরক্লিবসিহু ইখুৎ লাম্থোকউর মতুংদা মীখুৎ লাম্থোরকদ্রা খল্লবকান্দনি ।

মমান্নবা —সুম হায়না সুম চপ্থররবদি মরুপ মপাং বাংলক্কনিদা । ঐগীদি অশেংবা বাহু হায়জবনিকো। দেবালয় অমা হিংগৎহনবা হায়বসি অকোয়বহুদা লৈরিবা মীয়ামগী সহ-যোগসু য়াম্না দরকার লৈবজাৎনি । য়ারিবমখৈ মী কোন-শিনবিয়ু ঐখোয়গুম্বা মী অরেম্ববৃদি খত্তোকপিরবসু ।

রনজিৎ —ঐগী নিতি অমদা সধারন ওইনা অসুম থেক্তোক থেকচিন য়াদনা চংলবদি অরাবা কোঙ্গাই মায়োক্নগনিদা । লৈকায়সিদা লৈরিবা অচৌ-অশাং, ওফিসারবু ওইরো প্রোফেসারবু ওইরো, লৈরিবা খরসিনা অজ্ঞাগী ধৰ্ম্মগী থবক থৌরম অমা পাংথোকপা কান্দা কয়া য়াম্না মায়রোং য়ারকপা নৈনবা য়াই ।

গোপাল —ঈশ্বর থাজদবা মীওই ভাক্তা লৈরে। মরাইনা শ্রীভগবান্না ফংফম থোকপত্তু ফংহঞ্জনি। ইবুংঙোহোয়না ভক্তি-প্রেমগা লোয়ননা কৎপিন্নিবা ময়ামসে লেম্না করিস্সু মাঙলোয়য়ে।

রনজিং —ইস, সরনি অমদা পুথোকথ্রেনা তৌরিসিদি। ঐখোয়বু লাই য়াম্না নিংবা সাধু সন্যাসীগা তাহনবিরেনে তৌরিসে।

গোপাল —মতুং তারকপদা ইবুংঙোহোয়গী নত্তেং পাংবা ঙমব্রা য়েংজগে। হন্দক্কীসিদি য়ান য়ানবা অতুম হোৎনখ্রো। ইকায়বা হন্না হন্না পিবিরন্নু।

রনজিং —মতুনা অজ্ঞাগী চিন কাংজৈ হায়তুনিদনা। মতুংদাদি অজ্ঞাদা অমুক হন্না লাকঅরোইনা। য়াম্না পংঙম্মে ঐখোয়সে অজ্ঞানা হন্দক খংশিং শিংহনবিরে। ঐগীদা চাকচাবা লাকদৌরিবা মরুপ মপাংশিংসে অচম্বা অমত্তা নত্তে। কনাগী ইঞ্জিনিয়ার, ডাইরেক্তর, একসাইজ ওফিসার, প্রোফেসর, মেনেজিং ডিরেক্তর, শিনফম কয়াগী মীওইশিং লাকদৌরিবনি। চাক চখোম অমা চামিন্নবা হায়বা, ইজং লৈখা তাহনবা য়াপোৎ নত্তে।

যমান্নবা —অচুম্বমক্কি, হন্দক্কীসে অঙাংশিংসে ৱারৌখিবাতারে হায়বগী নুংনাংবা খিক্তংস্সু লৈবিয়ু হায়বা। মহোয়গী মপান মচুমস্সু ঐনা থরা ফংখোৎ তৌরুরবনিনা হায়বগী খিত্তং হুন্তননা থনবা অমত্তস্সু লৈবীদে। কান্নদে, চৎলসি, কৈদৌরুখিদগে? দিনেসতু অমুক্তং উন্নরুদবা য়াবা নত্তে। পার্টি তৌদৌরিবসিবু অঙৌবা লিক্লি অমা লৈরগা হেক্তা লোয়শিনসি হায়রিরো? মানা পিনি হায়রিবা Russia গী অঙাংবত্ত লিক্লি ৫/৬ শুবা ঙমদৌরিব্রা হায়তুগী অমুক্তং Confirm তৌথোকউবা ফত্ত্রো? তরানিপালশুবা শতাব্দীগী অজ্ঞাসিদা স্থম নোঞ্জহনা লৈরগা ঐখোয়গী করি তোংজরকখিগদগে?

গোপাল —বিষ্ণু বিষ্ণু, ঐবু ওগ্নোকপা সংসার অমদা পুশিনবির-মদোইদা। ঐনা নহোয়বু কয়াগী মতিক ধর্ম্ম লৈবনি হায়না খঙ্গরম্বা। নহোয়না তৌথোরকইসিদি। ইবুংঙোশিং, সঙ্গ ফত্তবা তৌরুম্বদা মতুং তারকপদনে করিস্নু অফবা ওইরোইকো।

রনজিৎ —করিনো অমুক্তং হায়রকইসিনা? অচৌ অশাং, অঙম্বা তৌবা ঙম্বা, চনপ্পী শাবস্নু ঙম্বা কয়া কয়াগা তিন্নম্রদি করম হায়না চাওখৎপা ঙমদোরিবা? মী চক্ষুৎ খরা তিন্নরগদি লাকপতি ওইবা ঙমদেয়ে, সিমত্তং খঙজিনবিয়ু। ঐখোয়না শোম্বহুনা লৈরদি অজ্ঞাহোয়গুম্বসিদা শৌগৎপা ঙম্নোইদৌরিবা।

মমান্নবা —স্বাইগী তলব চাউনা চাবা, মগুন লৈর লৈরবশিংসিনা ব্রাহ্মনসিমা বারেনা নংঙ্গেনা হায়বগী খিত্তং মিৎয়েং চংবি-বস্নু উদেনে।

রনজিৎ —অঙাওবা ঐখোয়না ঙাওত্রং কৈত্রং তৌবা য়াবা তৌরুরে, মসিগী মহৈনাইকাইবা নংঙগা হন্দৌরিসিনি। য়েংশি, মতুংদদি কনাগী Support অমুক ফংবা হায়বদো। য়েংবদা কনশি বা য়াম্না ঙাংথোকপা কান্নদে, করিস্নু লৈত্তবা থবক অমা তৌবিয়ু য়াত্রগা থীনা ঙাংঙম্মী হায়বা ফত্তবা বদনাম অমস্নু চাবা য়াই। কুইনা লৈথরগুমসি।

মমান্নবা —হোয়নে ঐনা ঙসাইনা চৎলসি হায়রেদনা (শাউরপ চৎনখি, গোপাল তুমিন লৈহৌই ঙাইহাক্তং লৈরগা নুংঙা-ইতনা শোল্লকই)

গোপাল —করিনো তৌরিবা মঙৌসিবো প্রভু? ননাইনা কয়ামুক য়াম্না কায়কহুনা মীশিংসিনা ঐবু অস্নুক হন্থনা চৈবি ঙাংবি-রম্বিবা? অমাং অশেং খরা অত্থক খায়রুবদি শিনফমসিনা য়াত্রহুনা তৌবনি। পাবুংনা হোটেলদা চা ফাওবা থক্কনু

হায়ত্তুনা অকনবা বা হায়বিরম্মী। হৌজিকসিদা ঐনা বাশক্ত, ওন্না্বদা মীশিংসিনা ঐবু অস্নুক্কী মতিক তাখিবীরবকো।
ও! মহোয়গী মপান্দগী মন্দিরসি পুন্নং লংলগনি খঙ্গরুবসি লোয়রেদনা। (চংখি, মচনমুপী খোরকই, তাঞ্জসিদা বিলাসিনিসু লাকশিল্লে)

বিলাসিনী —নঙ লৈরম্মীসে য়াম্না নুংঙাইরে। ঐগনে অসোম বাংমা ফাওবদা চৎলুসি।

ইবেম্মা করিগীনো ইচেম্মা, ঙসিদি থবক অমা লৈরে। ইমাম্বী ভানুমতীনা মহোয়দা অমুক্তা লাক্ত য়াদে হায়রকই।

বিলাসিনী —এ. অহু অদা লায়রিসে। ঐগা চৎমিন্নবা য়াবা নত্তে। কুইদৌবা নত্তেদা। নহানগী কাং মম্নুংগী কুমহৈহু নুংঙাইত্রনে? মহুগী ঐখোয়না Video Recording সু লৌহৌইদনা। অমুক্তংদি নংসু মহু য়েংবা ফৈ হায়বা।

ইবেম্মা —য়েংবুদি য়েংনিংঙিবনে অহুদা . ...

বিলাসিনী —অহু অদাকা হায়ন্নুসে Editing তৌবা লোয়হুনা পুরকপদা ঙায়হৌরি। ঐসু নঙ অমুক্তা কৌরুখিগে হায়হুনা হেক্তা চেল্লকঅবনি। ঐনা বা অমত্তংবু হায়রদি নঙনা হরাও হরাও য়ানিংবসে সুকয়াও হেক য়াওদেদা ইবেম্মা। কনাগী ইখিল চংলবনো খঙদ্রেদা। নহোয়গীদমক্তা ঐখোয়না খল্লিসিগা ... ...

ইবেম্মা —ইচেম্মসিমা, করিসু লৈতবা বাফম অমদসু হেক্তা রারো পুক্লৌবা ইচেম্মহোয়গুম্বা নচাক নরল লৈবীশিংসিগা অফবা মরী থম্নদ্রবদি ঐখোয়গী তুংগী পুন্সিদা অচৌবা অবাংপা কয়া লাকনি হায়বসি খন্থদবা নত্তেমি, ইচেম্মা।

বিলাসিনী —মানি, নহোয়গীদমক্তনি ঐনা লাংঙিবা ময়ামসে। খিত্তং ঐগী বা অমদা থওইনা লৌরক্তবা তাঞ্জাদা মী কৌবনিনা

হেক্তা বায়োনিংভিনে খণ্ডব্রা ? নত্তেং ইত্তেং লৌনদনবু পুন্সি মুংওায়না লেনবা য়াব্রো ?

ইবেম্মা অদো, ইচেম্মা, ঙাইহাক্তং লেংশিনখিগদ্রা নত্রগা হৌজিককমক হেক্তা চৎলগি হায়রিও ?

বিলাসিনী — অমুক ফমত্নুা লৈথোকঅগুমসিদা । নফি নরোল ফজনা শেং চাত্নুা লৈরসিবু কৈদৌগে তোক হেক্তা য়ৌথোক্লউরসি। অজ্ঞানা অমুক চৈনি হায়রিব্রা ?

ইবেম্মা — চৈরোই । ইমাম্নবীগীদনি খণ্ডহল্লম্নবনি । ইচেম্মনা হায়রিবা বাফমসিনা থরা মরু ওইনা লৌব তারেদনা ।

# INTERVAL

মফম - বিনোদকী য়ুম

(য়ুখল হাইদোরকপদা বিনোদ, কাকা মোহোন অমদি তামো রোমেস পার্টি তৌদুনা লৈরম্মী )

বিনোদ —কাকা পেগ অমত্তংগা ঙমশিনবিখোও ।

কাকা —ইবুংঙো নঙগী কাকা য়ারে, পুঙপেন পেল্লে, ইবুংঙোগী নিংথিরবা সেবাসে অমুক হন্না কাউগদৌবা লৈত্রে ।

তামো · ঐদি ইবুংঙোদা থঙদদনা অহানবদা য়াম বারেৌরুর-পোৎনিদা । কায়নথংদদি স্নুম স্নুম হায়না তৌরে, জাৎ তিন্নদবা লৌরে, পাঙন-শানবা অতম পাঙথোকখ্রে হায়দুদা তুমিন অদুম য়ারবগী য়ানি ।

কাকা —ইবুংঙো রোমেশ, বিনোদসে, ঐগী স্নুংশিথ্রবা ইচাগুম্বনি । হন্সকী পুন্সি লৈপুনগী মতাংসিদা পেনফাৎখিত্রবস্নু মতুং ঙারকপা কর্ম্ম ময়াম অমা লাকখিনিদনা । তৌবা য়াবা তৌর লোইরে কৈনো ।

বিনোদ —ঐগী হায়বু তামোহোয় কাকাহোয়না ঐগীদমক্তা খনবি-য়িবসে, 'সিখক্তনা পেঙ্গরে ।

রোমেস — নয়াম্বা ফরস্নু ফত্রস্নু ওফিস অমদা Assistant director ওইনা ফম্মিবা মীশক, অমনি নয়াম্বগা লোয়নবদা ইনাওগী করি অৱাৎপা লৈগনি ?

বিনোদ —তামোহোয়গা লোয়নবা ফংবসি ননাও য়াম্না পেঞ্জে, নুংঙাইজে । কাকাগীস্নু অদুমঙাই, ঐগী থবক-থৌরম খুদিংদা কাকাগী দরকার য়াম্না লাকখিদৌরিপোৎনিদা । থবক লোয়রে হায়দুনা য়ুমদকাস্নু ফমদুনা ঙাইহাক্তা লৈবিদবসিদা ।

কাকা —অহল ওইজরবনু নঙগী কাকা রাখলদি নহা য়াম্না ওইরিনা ।

বিনোদ —অদো কাকা, কাকাগী চন্দন মথিনসিদি মতম চংবা থবক অমদি ওইরম্মনিদো ।

কাকা —চন্দনসু থিন্দবা য়াপোৎনত্তে । নঙসিমা ভাব তাখিদ্রে, পার্টি মফমদা পুনবদসু চন্দন্না করিসু অকায়বা পিপোৎনত্তেনে । ময়াম্না য়েংবদা নঙগী কাকাসে লাইনিং লাইশোলদা থম থেংনা চংশিনবা মীশক মালহল্লিবনি । চঙসু চঙশিল্লি, অহল মরক্তা তিল্লরসু য়াই, গীতাগী শ্লোক শংবাই অমা লিখাই চিনফা পুইনে । নহা মরক্তা সুংঙাইথোকপসু অত্থুম য়াওরিসিনি । হৌজিক্কী পুন্সিসিদা হিংবগী সুংঙাইবা চপ চানা ফংনবা হোৎনরিবনি । নন্দোমচা লৈখিদবদা ঙাওথুনা চংলমদৌরবনি ঐসে । হৌজিক্তি রাখল অমা লৈত্তারদুনা লিরি খোইরিনা লৈবা য়ারিসিনি ।

রোমেশ —চুম্মী, তামো মোহোনগী বাসি, ঐ য়ানিংঙি । করিনো তামোনবু জ্ঞান তাদে হায়ত্রাও ? জগৎকী অপং-অশিং পুম্নমক থেংনরম্নবা নিপানি । Private Secretary কুইনা ওইরম্নবনি । অহল্লোনগা তিন্নদুনা লাইরিক-লাইশু তামিন্নরসু অত্থুম য়াই । হৌনিংবা অমা লৈরে, নহান নোংমা অমা তামোনা মীগী য়ুম অমদা নৈশিন্দুনা অত্থুম লৈবা উরম্মী, কনা ঙাইরিনো তামোনা তৌরিদুবো ?

কাকা —হেরা, নঙসু ভাব তাখিদ্রে, ঐগা হেক হেক চৎমিন্নবা কেতুকী হায়দো, মা ঙায়রম্মিবনি । য়ুমদুদা উনসি, বারী বাতাই থরসু ভৌদৌবা লৈ হায়নখিবা অদুননি কুইরেথৈ ঙাইরগা পুং ২ তাবা অদুরাইদা লাকইনে ।

বিনোদ —কাকাসে সুকহন হদুশন্দনবা লাইবা য়াম্না পায়রম্মীনা ।

মোহোন —ঐদি পুন্সিরোল শান্নরিবনি। মচানুপীতুগী থবক কাহল্লিবতু ঐগী ইতেংদগীনি। মচানুপা regular তান্নমদবতুসু তাহনবিগ্রে। মহোয় ইমুংগী ঐনা ফনবা য়াম্না তৌবিগ্রপোৎনি। য়াই হায়তুনা ঐনা মহোয়দা দিল লেম্থোকইবনি।

রোমেশ —হোৎনবিয়ু তামো অহুনি, লেমহৌরিবা পুন্সিগী শরুকশিং অর্থ লৈহন্নবা হোৎনবিয়ু। অহুদি ইবুংঙো, মতমসে থেংজিল্লক্লবনিনা ঐখোয় অমুক হন্নবা তৌবা য়ারেনা।

বিনোদ —মতিক চাত্রবা ঐনা সেবা খরা তৌজবসি পেনর্দি পেনবিরম্লোই অহুবু পেনবিহৈবা পুকচেল ভাক্তনিনা পেন্থোকপিয়ু হায়জরি।

কাকা মোহোন—হোয়দা হোয়দা, পেনবা হায়বু বর ভারিদা পিবিরম্মগেনে। গৃহস্থাশ্রমগী অনৌবা লম্বেলদা চৎপদা নহোয় অনিমক পুদ-হৈদখৈ নুংঙাইরো, অবাবা অমত্তা থেংনদবা ওইরো। ( মহৈ মহৈ চৎনবা শেম শারক্লে )

বিনোদ —তামো রোমেশনা কদোমদা হাইবিখিদৌরিবা ? ঙসিগী পন্থুংফমসিবু কদায়দা ওইবিরুদগে হংজরিবা।

রোমেশ —হেরা ইবুংঙো, নয়াম্বগীদি নতৈমা অতোম্বীগীদা হঙ্জিল্লবা তারে। অহনগীদা থা ১ লৈবদা অতোম্বীগীদসু থা ১ লৈতবা য়াপোৎনত্তে। খুদোংচাবা অমা অহলনা যংখিবদা অতোম্বীগীসু ফংহন্দবা লাক্তবা য়াপোৎনত্তে।

বিনোদ —য়াম্না নুংঙাইরি য়ানিনা। কাকাদি কদায়দা অমুক ফৈদোকপিরুদৌরি।

কাকা —ইবুংঙো কাকা লাং ফাং ফৈক্কররোই। য়ুমদা হঙ্জিল্লগে। হয়েং ঙস্তানা অমতুগা থবক চৎমিন্নগদবা লৈ। লেংথোকঅসিনা।

রোমেশ —য়ারে তামো, ইবুংঙো লৈহৌরো, নুংঙাইনা পোথাহৌরো।

বিনোদ —ফনি, অতুম লৈজহৌরগে। ( চৎনখ্রে, ভাইহাক্তং কান্নরগা অনৌবী থোরকই )

ইবেম্মা —মুংঙাই য়াম্না নুংঙাই, য়ুমপানবগী নুংঙাইবা হায়বদু ঐ চপ চানা ফংজরে। খল্ল খল্লরগা ইচেম্মদো, মাতবুনি ঐনা খম থেংনা শাউনিংলিবসি; পুম্নমক মাতনা থোকহনবনি। হোয় মাই হায়বা নঙগ্রিভৈদা মানা ঐবু অরোনবা লংল্লোং শিজিন্নদুনা চেলহনবনি। বামোনগা ওইরে চেল্লরে হায়বা নাম অমগা পকশিল্লবদি ফররোই হায়দুনা ময় ম্না পংথেমদা থেম্মনবদে পামদ পামদনা য়ুম্বাল পুন্সিসিদা খোংদারকপান।

বিনোদ —করিনোনে অনৌবী নঙনা ভাংলিসিবো ? ফজরিবা নশক্তগা ভাংথোরকইদুগা চানদ্রে। শাউবা পকচদে নোকমি নোকমি নোকমি তৌদুনগা লৈয়ু। নঙ খঙদ্রা হায়বা Smiling face কা হায়দুবো ? ( থক্লম চারম্বা ময়ানদু লোয়শিন খমজিনগে তৌই ) No, No, No, নঙনা মদুম তৌদোবা নত্তে। ( হৌনা কৌই ) তোম্বী, তোম্বী।

তোম্বী —( নুপীমচা অমা থোরকই ) তামো করি তাকপিংদবা ?

বিনোদ —করি হায়বু কৈনো, অসি লোয়শিন খমজিনবসিদি ননমবেম্মনা হৈনরোই, মাগী মনাৎ নত্তে।

তোম্বী —ইনমবেম্মা য়ারে ঐ তৌজরগে ( গ্লাসনচিংবদু লৌশিল্লগা পুশিনখ্রে )।

ইবেম্মা —ঐখোয়দি খুনুংগী মীনি। লৈবাক্কী চেন্নরিবা ইচেলসি কমদৌরি হায়বা করিমত্তা খঙপোৎ নত্তে। পঙম্বী ঐসে তামোগী নাক্তা লৈবদা নুংঙাইদো মান্দ্রেবো।

বিনোদ —মতমগী মতুং ইন্না হৈনদবা কম্না হৈনশল্লকনি। নঙগী মতম অমগী পুন্সি মরেন্দুদগীদি হন্দকীসিনা হেল্লি নুংঙাই হায়য়ু কৈদৌরগে।

ইবেম্মা —পুন্নমক তাংনি, তৌশিন্নবনি, মায়ানি।

বিনোদ —অস, নঙ ভাওরেবো, হিদাক থকপা ঐখোয়না ভাওজে, থক্তবা নঙনা তিংখত্তনা ভাওখংগ্রেনে তৌরিসে। সনা-লুপা অরং-অরাক কয়ানা য়াওন্নহনা লৈরগা বারে নুংঙাইত্রে হায়সি মীচম অমনা হায়দৌ মান্দেবো। থবক ইনখাং হায়রা নঙগী নতেং পাংনবগীদমক তোম্বী লৈরিসিদি। মসে কুম্বীদগীনি, থবক ইনখাং তৌবদা চংখোনগ্রবী লৈশা-বীনিনে। ইমুংগী থবক কুপনোম মানা নিংথিজনা তৌখিনি। নঙগীদি করি তৌনিংঙাই লৈস্রি শুমাঙ বায় অমা তৈদৌবা লৈত্রে নকুবোক্তা চন্দন উপু অমা থাংদোকদৌ লৈত্রে। লাল্লিবা সেকেন্দ সেটরদেসিদা নঙগী লিক অমা ওর্দর তৌংঙ্গত্রু লৌক্ররসি।

ইবেম্মা — পুন্নমক্তুনা ঐগী অপেনবা হায়হু ওইরে হায়না থনবিরব্রা ?

বিনোদ —হায়স, অতুদি নঙ চহল ওইরে শিদৌ কুইরক্তে। অরং অরাক্ত তাইবংদা হিংলগা অরংববু ফংগে খন্দ্রবদি নঙ হিংবগী অর্থ খঙদ্রে হায়রানি।

ইবেম্মা —সনা-লুপা থরা ফংহল্লগা পুন্সিগী নুংঙাইবা খুদিং ফংলে অসিরা ? ঐখোয়গুম্বা খুনুংগী মী ঐখোয়দি মপানগী অরং অরাক্তা পিবা নুংঙাইবদা মিৎ থক্তুনা লেনবা পুন্সিদো পামজদে। পোন মমুংগী চেক্লাগুম মফমসিদা নৈশিন্দুনা বুদ্ধি লৌশিং থোক্তনা লৈবসে হৈনরমদৌবোই নিংবরা ? মিকুপ অমত্তং থৌশাহৌদবদা শাগৈগী ইজৎ কনবা ঙম-হৌদ্রে। 'খোয়গী তামোনা ঐবু পুন্সিগী ওইনা ইস্থোকপিথ্রে। 'সিদবু ঐনা করিদবু মুংঙাইদৌরিনো ?

বিনোদ —হায়, অতুগুম্বা নঙগী philosophic mind অতু থাদোকথ্রো। জগৎনা ইস্থোকচসনু, তিন্নবিদসনু, নঙগীদমক

ঐ লৈরিসিদি । মহাগৌরিয়া ইবাই-ইবুংঙোনা ইম্হোক-চরবস্থ মতমগী মুংশিং খঙবা ইবাই অহলনদি নঙবু য়ারি । নঙগী অরা-মুংঙাই মঙোন্দা মতম চানা খঙহল্লকউ হায়-রকই । ঐগী নাক্তা লৈরগা মুংশুক মুংজাননা নঙনা লৈবা হায়বসে ঐনা পেনফম থোকপ্রা ? মতমসে মওং অমা তৌরবনিনে । হৌজিক্তি ঐখোয় অনিমক ২১ শুবা শতাব্দীগী হৌন লোনচৎ পুম্নমক মরিক চুম্না খঙনবা হোৎ-নবা মতম ওইরবনিনে ।

ইবেম্মা —ঐদি পকশিনবিরকম্নু । ইমুংসিদা শানৈ-য়ুনৈন্নিবা পার্টি তৌন্নিবনিকা হায়দুনা, মতমগী চৎনবী ঙাকইবনিকাম্নু হায়জিন্দুনা হো ঐদি হৈনশনবা ঙম্লোইয়ে ।

বিনোদ —তৌদবা য়াদবনিনে ভাব তাউনে বামনইবেম্মা নঙবো । ঐখোয়গী শিনফমসিনা সাধু সন্যাসীশিংগা তিন্নদুনা লাই-নিং লাইশোললোমদা চঙশিনবা য়াবা ফিবম মতা ওই-দ্রেদো। লাকইবশিংসে থ-থাগী মী অমত্তা নত্তে। মহোয় অমগা লোয়নরুবদা ঐখোয়গী তোংজবা য়াম লৈবা অদুননি । অমাং-অতোংগী অঙ্ক হোৎলগা তিন্নরিবনিনে ।

ইবেম্মা —ইহন হনুরগা চন্দন্না লম্পাক অমা থিনজিল্লগা নুপী কোয়বা, হিদাক থকপা খরা তিন্নরগা য়াম লেমমে তামোদি ।

বিনোদ —ইহে মসিনা ঙাঙলিসি মী তাখিদুনা তোকঅরনি, ওন্থোক্নসু পঙথ্রেদা । হৈবোং মন্নুংগী তুমিৎকুম মতম কয়া অপিকপা সংসার অমদা লৈরুরে। হৌজিক্তি মপানগী পাকথ্রবা সংসার অমা শকথঙহল্লে, অড ওইরদি শিংবা হেনগৎপা য়ারেনা । ফরে মতম ঙায়বা হায়দুনি । তোম্বীদুবু থবক ইনথাং লোয়শিন্দ্রিজাংলা ( অনৌবী চংখ্রে ইকুই কুইনদনা তোম্বী থোরকই )

তোম্বী —তামো চাক ঈশিং চাথোক্লবা তৌরসিরা ?

বিনোদ —য়ারনি য়ারনি, হায় ঙায়খোনে নঙোন্দা বা অমনি হংনিংবা লৈরিনে ।

তোম্বী —করিনো তাকপিয় তামো ।

বিনোদ —ঐনা হংলিবসে অশেংবতা খুমকউ, অনৌবী ননমবেম্মা লাকপসে নঙোন্দা করি ফাওই ?

তোম্বী —য়াম্মা নুংঙাইবা ফাওইনা তামো, ইমুংগী অচৌবা অরাংপা অমা মেনশিল্লে । তৌবত্তবু ঐনা খঙ্গবগী রানিকো, ইনমবেম্মসে আজকালগী য়ক লাউবীহুদি ওইরোইদৌরে । তামোনা পাম্বিবা মতমগী পুন্সি ঈচেলদা খুৎমান হিমান্নবা তাউথমিন্নবা হায়বহুদি হৌজিকমকী ওইনদি শোত্থরি হায়ববু শেমদোক শাদোকপদসু মতম চংলোই খল্লিদা তামো । ঐখোয়গুম্বী থাপ্লবা খুঙ্গংগী চিদাই অমদগী লাকপী লাইরিক লাইশু হৈত্রবী অমদি নত্তে হায়জরিবা ।

বিনোদ —হোয়নে অহুবুদি ওইজরসমুনে । নহাক্কা য়ুমসিদা নৌনা লৈরকখিবা মতমহুদা ঐগী থম্মোয়দা হৌখিবা ইথক ইরাং অহুমক্তি ...... — ।

তোম্বী —ইনমবেম্মহোয়গী চহী মতাংসিগা ঐখোয়গদি খর খজিক খেৎনরেদো ।

( পর্দা হাইদোক্লনা অনৌবী নক্ক লৈত্রা য়েংই বিনোদনা )

বিনোদ —ঐসে খোংথাং অমা লান্না থা জিল্লরমাম্লেদা তোম্বী । লৈরকপগী লৈরকপা পাখঙ অরিবা ওইনা অসুম লৈজরম্লবসু ফরমগদবা ।

তোম্বী —করিনোনে তামোনা হায়রিসিবো ?

বিনোদ —ঐ য়াম্মা নিংঙম্লক্তে । নঙগী ননিংতম্বা, হয়াউ-ইথক হৌজবদা ফিবমসিনা খুরৌ য়াম্মা চেলহল্লমাল্লেদা ।

তোম্বী —তামো অহুম্না হায়বিগন্নু। হৌখিবনা হৌখিবা ওইরবস্থু হৌজিক্কি থম্মোয়সি ফাজিনজরবনি। ইনমবেম্মনা করি খনখিনি ঙসি তামোনা ঙাংলি-শক্লিবসি তারগা। পুংলোনগী মতুংইন্না জগোই শাবিয়ু। ইনমবেম্মগা তামোগগী নুংঙাইরবা সংসার অহুগী শক্তম অমা উজরগা নচলগীস্থু পেপ্পবা নুংঙাইজবা ওইজগে।

বিনোদ —নঙবু ঐনা কোয়পু পুরগা নুংঙাইজবা ওইখি। নঙ অসে য়ুমগী থবক ইনথাং নোম্নবা থম্বী, ইচম চম্বী হন্থবা থাক্কী মুপীমচা অমনি হায়না হৌখিবা মতম কয়াদা খনবা স্থুকঙম ঙমখিদবনি। মপু-মনাই অনিগী থাগ্গোক্রবা মরী খঙহৌদনা নকশিন্নখি। ঐনা নঙবু কোয়পু পুখি সিদা দাম. লৌকোই পাৎ, সেন্দ্রান'চংবা কয়াদা, সিনেমা কয়াস্থু য়ে মিন্নখি। মতম অহুগী নুংঙাইবা অমুক হন্না ফংলরোইকো।

তোম্বী —তামো পুংক্ষমসিদা মহু হৌদোক্লকপগী মথৌ তাদে। ঐগী ইজংকী ব্রা খরস্থু খনবিয়ু। (চংখিগে তৌই অহুবু তামোনা মথুৎ পায়রগা থাম্মী লোয়নবা নকশিল্লকই, ব্রা খরা হায়নিংবগী মওং উই, অহুম ওইনমক তোম্বীনা হৈংদবা মওং উত্তুনা নান্থোক্লবা হোৎনরকই, তাঞ্জাসিদা অনৌবী থোরকই অনিমক চংক্লনা হন্দোক্লখি)

ইবেম্মা —তোম্বী, হয়েংদগী নঙ মক্ষমসি থাদোক্কনা চৎপ্রো মসি ঐগী ওর্দরনি কনামত্তনা ককপা য়াররোইদবা।

তোম্বী —ইনমবেম্মগী য়াথং হিক্কোকচরোই (কপ্পি)

বিনোদ —হায়, করিনো নঙনা মুপীমচাসিদা হায়রিবদো ?

ইবেম্মা —ঐ কনামত্তগী ব্রা তানিংদে। ওইরক্লিবা ফিবমসিদা ঐস্থু তুফক তুফাই চন্দুনা কংফাল্ল ইকাইথিবী ওন্দুনা লৈবগী মতম নত্তে হায়বা খংলক্লে। লৈস্থু লৈরোই অহুমহায়না।

চয়ায়রবা নওগী তামোগী খয়াত্তা পুক্লিংগী পাঙ্গল শোল্লবী নওগী পুন্সি ইজৎ সনমান পুন্নমক খওহৌ উহৌদনা তাথ্রগনি হায়বসি নশাদি খওদবোইদকো। অতগী শরুক তান্নবা খুঙ্গংতুদা অরৈবা খরা চা লৈতবা মুমিত্তা তোক ননিং তন্না লৈরুবনতুম ফরগনি। মুপা হায়সিদ্দি 'সি ঙাক্তনি। ঐখোয়না Control তৌতুনা বরাবর থম্বা ঙম্লোই। অদুবু মুপী ওইবী ঐখোয়না অবা-অনা মীওৎ মীনৈ কয়া'মা খাঙবা ঙমজরবসু য়াম্না অততায় ওইবা লম্বেল অমখক লৈরিবসে. মসিদা নাতৈ চাদনা চংশিল্লকপা মীওইতুবুদি লেম্না থানিংদে। নওসু অঙাং মচামক্তি নত্ত্রবনিনা ফিবম অসি খওফম থোকই। (মুপাদি ইকায়-খওদবা শারগা নুপীদা শাউনা য়েংলম্নগা চংখি)

তোম্বী —ইনমবেম্মা মফমসিদা নচন্না লৈরম্লিবসি লায়রবী, উপায় লৈজত্রবী ওইখিবদগী তঙাইফদনা লৈরম্লিবনি। ইচে অমা লুহোংবগী হাক্তক্তা ঐগী বাবা মরোল মন্নাং তাক্লে। লৌ উজরম্বা উখিদ্রে, ইপওা লাইরিক ঙমহনবা ঙমখিদ্রে। নাতৈ চাদ্রবা ফিবম অমদা লৈবদগী কয়ারক খন্নরবা তুংদা ঐগী পোক্তবী ইমাগী থৌইনশিন্দগী বাবানা 'সিদা মতম খরদং ঐবু লৈহল্লগা খজিক্তং শাফগদ্রা খন্দুনা লৈর-খিবনি। ঐসু নুংঙাইবা নত্তে, মীনাই ওইবগী পুন্সি মরেনবু করম্না নুংঙাই হায়সিগে। অতুগীসু মথক্তা ঐসে ইনথংলক্লিবী নৈশাবী মচা অমসু ওইরিবনি।

ইবেম্মা —লায়রবগী চৈথেংগী ঙাক খন্দুনা ইনথংলক্লিবী নৈশাবী অমগী তুংলমচৎ করি ওইগদগে খন্থত্রিবা নহোয় ইমা-পাবুংগী বাথলতুসু অঙকপনি। অদুবু হোজিকসু মতম লৈরি, নহাক বন্দী ওইবদগী থাদোকপিরবনি ইবেম্মা। ইনম্মনা য়ুমগী মো মতমসিদা ওইরক্লিবসি তান চাবা হায়দু তারে, নওগী ঙামথখিগদৌরবা পুন্সিদু মুত্তি চুম্না অমুক্তং চৈঙাক পিতুনা ঙাকথংনবগী দায়ত্য ইনম্মনা লৌরগে।

( গোপাল তুমিন্না মাঙ্গোন্দা নুংঙাইতনা ফমদুনা লৈরন্মী ।
দেবান সুখদেব মহাক উন্নবা লাকই )

দেবান —তামো হকচাং খরা নুংঙাইবিরব্রা ?

গোপাল —এ, ইবুংঙোশিং লাকইদনা, নহোয় লাকপসি ইয়াম্বা নুংঙাইনে । ঙাইখো, ফিদা লৌথোকউখিগে ।

সুখদেব —য়ারে তামো লৌথোকপিরুরনু ঐখোয় কুইনা পন্তদোবা নত্তে । থবক অমা চৎকদবসু লৈরি । তামোগী নাক্তা ঙাইহাক্তং য়োৌশিল্লমসি হায়দুনা চঙলকপনি ।

গোপাল —ঐসে ইবুংঙো ঙসি ঙরাংসি হকচাং খিত্তং নুংঙাই-বগুমদি তৌই । ঐগীসে অতৈ করিসু নত্তেদা ব্রাখল লায়নানিনে ইবুংঙো । হন্দক্কী মতাংসিদা ইবুংঙো থব্রায় নুংঙাইতবগী জাৎতি করিদা হংঙরনি ।

সুখদেব —থোকখ্রবা থৌদোক অতুগীদমক্তা তামো পংখন খনজিল্লরব্রুদা । লুরিবদি তামো ফিবমসিদা ইথন্তা অসুম লৈবিরিসিবু ... ... ... ।

গোপাল —ইবুংঙো, সুম তৌবনি ইন্দোমচাগী মচানি হায়দুনা নহা অমা ঐগা লৈমিন্নরম্বদু নুংঙাইতেনে লোয়নবা কৈদৌরু-গবনোদা, ইথন্তা সৈরগা লোয়রে করিসু খনবিদ্রে । হৌজিক্তি কনাগীসু মতেং লৌররোই খল্লে । হেক পোক-মিন্নবা ইয়াম্বা ফাওবনা জাৎ ধর্ম্মগী মরমদা খনবা ঙমখিব্রবা অসিদা অতৈ মীওই কনাদা অমুক থাজবা থম্লখিসিগে ?

দেবান —ইথন্তা হায়বসি নুংঙাইরক্তবা মতাংসু লাকপনিদা তামো ।

গোপাল —ব্রাহ্মন অমা ওইবগী ঙাক্তবা য়াদবা নিতি নিয়ম খরসু

লৈরিদনা। মহু পুন্নমক ইখঙ খঙদবা হেক্তা শাই। তামো 'সিমদি তোকঅসি 'সিমদি শমজিল্লসি হায়সিনবু। ঐগা নকুরুবসি য়াম্না ৱারনি নুংঙাইররোই হায়বিঞবা ঐন।।

সুখদেব —খঙজদনা তৌরিবনি তপ্পা তপ্পা তম্বী খোৎপিরগা মরাইনা খঙজরকদৌহুবু।

গোপাল —কান্নদে ইবুংঙো, মহোয়দা ঐনা 'সিমা হায়রি হায়বগী মমি তাদে, চৎচঞসনু ফরে। নহোয়দি কমদৌরি? নাম শোনবা তোক্তেনকো?

দেবান —তামো ননাই ঐহাক্তি সংকিত্তনসিদগী খরা থাপতোক-চরে। ৱাশক অমগী মখা পোন্না পুঙ পায়জররোই হায়তুনা লেপঞবনি।

গোপাল —করি ৱানো অহুদে?

সুখদেব —খঙদ্রে তামো ঐনা ফনা য়াম্না খেম্বনি অহুবু য়াদ্রে। মা য়াওদ্রবদি ঐসু খুৎ তেকপগা চপ মান্নরে হৌজিকসিদা।

গোপাল —দেবান, নঙগী করম্বা ৱাখলদগীনো তৌরিবা কম্মসিদে? নঙ ধর্ম্মগী মায়োক্তা লৈরগে অসিরা, নঙ ঈশ্বর কিদ্রবরা? নাম শোনবা কাংবুগী মরক্তা য়াওহুনা লৈবা নঙনা অমুক করি করম তৌরগা পুন্সি লেনগে খল্লিবা? করিনো নঙগী অনৌবা ৱাখলদো ঐ ভাব তাদে। (নিংঙমদনা ঙাংই)

সুখদেব —ঐনসু মাবু য়াম্না থেমজবনি তামো। তামোনসু খরা ঙাংবিয়ু। মহাক্কী ৱাখলসে কৈনোমা তৌখ্রে। পুঙ-ঈশৈদগী লাপ্পা লৈরনি হায়হুনা শিখাং হেক্তা খাঙখ্রেনে। শিন-ফমসিদা খোঙদারুবদৈ পুন্সিদা নিংব শাথিনা কায়বা অমা নঙখিবনিসু হায়রি। খঙদ্রে মাগী ৱাসি তামো।

গোপাল —ইয়াম্বগী লাইবক্কনি পুন্নমকসে। ঐগী ওইরম্বা মীওই কয়া ইনাক্তগী তপ্পা তপ্পা চেম্বোকখ্রে। খঙদে, মসিবু ঈশ্বরগী চাংয়েং হায়বহুরা?

সুখদেব —দেবানসে তামো য়াইঙংপোকপীদা বড়মিস্ত্রি অমগী মথাঙ্গা থবক শুবা মতম খরা চৎলুরে। মীওই মখল কয়া থেংনরকপদৈ ওইরমাগ্নে মহাক্কী বাখল কৈনোমা তৌখিবা মাল্লি।

দেবান —সুখদেব

সুখদেব —অশেংবদো হায়দোক্কবা য়াদবনি।

গোপাল —অতুদি নহাক শা চাবা, য়ু থকপা তম্লিক্লবরা ?

দেবান —কৈনো তামোনা তাকপিরিসিবো ? বাখলদো ওন্নরে।

গোপাল —ওন্নরোই, ওন্নরোই ইবুংঙো ইয়াম্বনা নিংখিবসে চুমদবা লৈত্তবনি। নঙ ধর্ম্মবু নিন্দা তৌবা পায়্নে নত্রা ? হৌজিক মতমসিদা নাম সংকির্ত্তন তৌবা মরক্তা য়াওরুদুনা করি কান্নরুগবনো খন্দুনা নপাঙ্গল থেক্লা শু-নোম্লগা নপুন্সি লেন্নবা হোৎনরগে থল্লবা নত্তদো ?

দেবান —ঐগী লম্নাইগী ওইবা রাফম খরদগী শিনফমসি থাদোকচবনি তামো। মসিমক্কা ঐনা নাম শোনববু নিন্দা তৌবা নৎচদে। শিনফমসিদা খোংদারিবা কয়াবুদি ঐনা নোল্লক্লা ভক্তি কত্তনা ইকায়খুম্নজরি।

গোপাল —ফরে, নঙগী অনিংবদা ইয়াম্বনা মপা তানা অয়েৎপা পিররোই। ঐসু গতি লৈত্রবা, ব্রাহ্মন অমা ওইবদগী ইজৎ ঙাকপা ঙমদ্রবা মীশক হায়বত্থু ওইরবনি। খন্দুনা য়েংউ নহোয়সু ফিবমসিদা ঐহাক্লা করম্না দেবালয়সি ঙাক শেন্দুনা লৈবা ঙমগনি ? ঐগীদমক্তা খনবিরম্বা, ঐবু ঙাকশেনবিরম্বা কয়ানা তমথিন্নবা য়েক্কবা ওইনা ইমাংদা লেপ্লরে। ঐনা কনাদা নত্তবা করি চৎলুই, ওইদ-পাদবা করি তৌরুই ? ভগবানগী অঙকপা চাংয়েংনি। অসিগুম্বা চাংয়েংসিদা ঐবু মতম চুপ্পগী ওইনা মায়থিরগদ্রা হায়না অমুকসু নুংনাংই।

সুখদেব —মথংগী থাদা ঙ্গগোই রাস অমা কৎকনি হায়নখিবতুনা করম তৌবা তামো ?

গোপাল —নিংদোল পোম্মে, ৱাফমতু হৌদোক্লক্ৰগনু। খল্লবা পুন্বা অরেম্বা ওইরে। মীগী মতেং খরা লৌরুবদগী ঐবু উশিং উশিক্তনা ঙাংবিখ্রে। হৌজিক্তি কনাদা করি অমুক হায়জক্লগদৌরিবা ঙম্লোই মী অমগী মফমদা হায়জ-নোঞ্জরুবা।

দেবান —ফরে পুন্নমক হৌখ্রবদি হৌখ্রসন্থ। তামো, ননাওনা অরোইবা ওইনা অমুক্তং হায়জনিংবদি ইবেম্মবু লৌখৎপিয়ু, ফরস্ত ফত্রবস্থ মহাক তামোগী ঈগী মরীনি। শাগৈগী ইজৎ-সনমান য়োম্থোকপা অমদি মবুংগী অনিংবগী মায়োক্তা লেপ্পগীদমক অশাউবা কয়া উৎপিখ্রে। সমাজনস্থ খঙখ্রে মবুংগী লেঙদ্রবা ফিরেপ।

গোপাল —দেবান, নঙফাওবনা অতুম্না ঐগী ইফমদা হায়রক্লবকো। ব্রাহ্মন ওইরিবা ঐখোয়গী অহকপা নিয়মগী লিপুন নহাক খঙলি উরিরা নত্রা ইবুংঙো ? অমুক হন্না হোঙলরোইদবা ঐগী ফিরেপনি, মৈতালনা ৱাখৈদ্রিবমখৈ ঐগী ৱাশক কায়রোই ইবুংঙো।

দেবান —সমাজগী চৎনবী, নিতি নিয়ম কয়ানা মবুং-মচন, অনিগী মিনুংশিগী মরিদা থোইদোক্লা অকায়বা পিহন্দবা ফৈনা তামো। থম্মোয় মুঙগুম কনশিন্দুনা মীওইবগী থম্মোয়নুং-দগী ইহৌরক্লিবা মিনুংশিগী ঈচেলবু ইরায় হেক লায়না খকহনখিবসিবু চুম্লিব্রনে তামো ?

গোপাল —নহোয়না হন্না হন্না হায়রে হায়তুনা ঐগী থম্মোয় পেৎ-কদবা নত্তে।

দেবান —তামোগী ৱাখলনা অতু য়ৌখ্রবা। ফরে, অতুদি তামো মতমস্থ থেংজিল্লক্লবনিনা ঐখোয় অমুক য়োনবা তৌজরগে।

সুখদেব —ৱারে চৎলসিনা।

গোপাল —য়ৌরো য়ৌরো। (চৎখ্রে, নিপামচা অমগা লোয়নরগা বিলাসিনী লাকই)

গোপাল —করি থবকীনো ইবেম্মা, করি অমুক হায়গদবা লৈরিবা?

বিলাসিনী—ৱা খরা ভাংনদবা য়াদ্রে, হৌজিকসিদা ঐগী ইজ্জৎ-সনমান শোকপা ৱা খরা প্রচার তৌরক্লবনিনা অশেংবা মরি-মখোং অমা থঙগে লাক্লিবা। (বিলাসিনীনা লাক্লিবাসি খম থেংনা কেরগনি, ডাইরেক্তর অমা উন্নরকরগা চঙলকপনি, অপাবা ফি ইল্লি, পুক্কী শরুক ইথা থাদোকই।)

গোপাল —করিনো হায়রিসিনা? ঐগী ইমুং-মনুং সর্ব্বনাস শাহন-বিরম্নগা করি অমুক তৌখিগে হায়রিবা। লোয়রেনা করিনো, জাৎ তাহল্লে হিদাকফু ফিদা তিন্নবিদনবা শিনবিরম্নে।

বিলাসিনী—মতম্না অজ্ঞানা হেক হায়রগা কিহুনা তুকথখিদৌবী মুপী নত্তে।

গোপাল —ইবেম্মনবুদি কনা কিদৌরিবা? নহোয়গুম্বা মত চাওবা মীওইশিংসে মুপা ওইজরবসু ঐখোয়দি য়াম্না ৰিজ্জৈ। লাগুক লৈজরম্নবদি ফরমগদবনি।

বিলাসিনি—মগুন লৈবা জ্ঞান লৈবা পৈশাসু পায়বা পণ্ডিৎ কয়ানা দেবালয় কন্নবা খোঙজং চংশিনবিরক্তুবদা করিসু লৈতবী তুমিৎকুম্বী ঐনা লৈজবা শক্তি পুখোক্তুনা শেল-থুমদগী করিদগী ফনা য়াম্না হোৎনখিবনি। লোয়রকান্দা কাউ-থোক্লখিবনা অমনি।

গোপাল —কুম্মৈ ফিয়োং মতমদা মরুওইনা কাং ঝুলোনগুম্বদা মতেং খরা পিথিবগী লমল থৌবিরিব্রো? ইচননুপী অমনা লৈখা তানা মাংথখ্রিবসিনা কমদৌবা?

বিলাসিনী—পামজবা নুপাদা লৈথিদুনা সনানা তেকথৈথে শিত্নুনা লেল্লিবা পুন্সিসে ঐনা মাঙহল্লিবা।

গোপাল —হরে, ইচনমুপীনা মবুং ঐগী অপাম্বগী মায়োক্তা করম্না চৎকদৌরিবা ? মপুক্লিং থৌগৎপিবা, ইনশিনবিবা অমা য়াওদনবু মদুম্না ওইথোকপা হেক্তা য়াগদরো ? ঐখোয়সে গুহা মনুংগী হঙোইদুনি হায়না থল্লমাল্লে। তাইবংপালসিদা ঐনা তৌরিবা কয়াসি কনাসু খঙলম্মোই খন্নখ্রেনা। হুরানবনা ঐনা হুরাল্লিসি কনাসু খঙলম্মোই খনবদুগুম্বনি।

নিপামচা —অরেম্বদা মরৈ য়েৎনদুনা লৈনরমু। দং দং হায়নিংবা ফোংদোক্লিংবা কয়াদু ফোংদোক্করো। ঐসু 'সিদা কুইনা লৈথবা য়াপোৎ নত্তে। থবক য়াম্না লৈরি।

বিলাসিনী—ক্লবকী নহারোলশিংদা অজ্ঞানা করি করি হায়জিনবিরম্মী ?

গোপাল —করিনো অমুক তৌরকইসিনা ? ঐনা করি মহোয়দা হায়দৌরিবা ?

বিলাসিনী - অচুম অচুম্বদা হায়নসি লোৎনগুমসি। ঐ ঐগী থবক্কী মতুং ইন্না নুপা নহা সঙ্গ তৌজবনি। তৌরবশিংসে ঐগী মতম মতমগী ইপুথোইবা অমত্তা নত্তে, অঙাংশিংসু লৈরি ইকাই-হঙ্গোইদনা হায়রবনি। হিংঙিবনিনা শেল তান্দবসু য়াদবনিনা অঙম্বা উপাই থিদুনা তাপ্পবনি। হেৎজিকসু নুপা অমনা মাগী Promotion কাবগী Managing director উনবিদবা য়াদ্রে হায়দুনা Maruti Zen পুরক্লনা চৎলুরিবনি। থবক ওম্বগী অরামন লিশিং ৫০/ লাক্ষ ১ পিরকপা য়াওই। ঐ ঐগী তৌবা ওম্বা শক্তি উৎথোকচবনি মসিনা কনামত্তদা মিৎ নাহল্লবা নত্তে। নুপী রানি খঙদে নুপা রানি খঙদে অঙাংনুবী চেনখিবগী নিংদোল পোম্মগা ঐঙোন্দা ফত্তবা পুম্নমক হৈথগে হায়দুদি

য়ারোইনা । ঐগীসু হ্নায়েনবা হৈবা অঙাংশিং লৈনা ।

গোপাল —অমুক তোন্না কিজনা হিংজরিবা ঐসে নহোয় অকনবা ময়াম্না হাত্তোকপিররো মহুনা নহোয়গী অপেনবা ওইজহোরো।

বিলাসিনী —তামো শ্যামগা ঐগা ভগ্যবতীহোয়গী য়ুমদা ভাইহাক চংঙ্‌রগা য়াচংবগী মতমদুদা থোরকমিন্নবদুবু কয়া কুপ্পা য়েংঙন্মিবা । অদুগা হ্নবকী সেক্রেতরীদকা ওইদ-পাদবা ময়াম অমা হায়জিল্লগা ৱারী শাবীরম্মীনে ।

গোপাল —করিনো অমুক হায়রিসিনা ? ঐনা কনাদা করি হায়জিল্লম্মিবা ?

বিলাসিনী —হৌজিকদুদা চেল্লগে খল্লমাল্লে, কাউথোকপগাসু শাজিন্নরিএ।

হ্নপামচা —অজ্ঞা, ৱাসে হুম শাংথনখিদৌরে অরেম্বদা, তেনশিল্লসিসে । মমাংদা মুংঙাইনদবদগী কাতু কারন খরা ঙাংনপ্রবসু মতুংদদি ঙাংনিং শক্লিংবসে খরা Control তৌবিবা তাবা । করিগুম্বা ৱাসিনা চাউথোক্লরকপা তারগদি অনিমক্তা ইফ ফজনরোই । মতিক চাবা প্রমান পুথোকপা ঙমদনা মীগী মফমদা ইজৎ সনমান শোকপা ৱা ঙাংঙ্‌বগী ফলসি অফবা করিসু ওইদবনি । চপ চাবা খুদম প্রমান পিবা ঙম্লগদি ফবা । অদু নত্তনা লনাই মুংঙাইনদ্রগা ঙিং শোকপা মী শিনবা য়াবা পাউ শন্দোকপসি মতুংদদি লেপ্লিবা ফরে । ঙাংন-শক্লরিবা খরসিদগী ঐখোয়না অচুম-চুমদ লেপ্পা য়ারে করিনো, হৌজিকসু অজ্ঞানা মরী-লৈনবা মীশকশিংদু উনরগা ঐনা করি করি হায়খি হায়দুনা শেংদোক্লবা য়ারি । অদুবু মহুগী থৌনাহ্ন উৎপিবা ঙম্লি থাজজে । খরা চেকশিনবিয়ু হৌজিকসি 'সিগুম্বসি য়াম্না হোংঙবা মতম্লি। ( অশাবা খুৎলাই পুথোকশিন্নদুনা কিহল্লি ) ঐখোয় কুইনা সিদা লৈথবা য়াপোৎনত্তেনে । য়ৌথ্রসি ইচেম্মা ।

বিলাসিনী —ফরে ইবুংঙো । ( চৎমিন্নখি )



## ২/৩

( গোপাল মাঙ্গোলদা হঙ্গৎ হন্দা চত্তুনা মুরুম মুরুম শোল্লি )

গোপাল —পুম্নমক্না ঐগী য়েক্নবা ওনথ্রবা ! ফৈ তৌজো নহোয় পুম্নমক্না ঐগী মাওনবা তৌরক্নবসু হৌজিক্তি ঐ কিত্থুনা চেল্লরোইনা। খরদি বাবা তাই, বাজসমু ইরাইবর্কীনি। মীকিখি, পাণ্ডবী নুপীমচা অতুনা ঐগী শাগে জাং পুম্নমক নরক্তা লংথনবা হোৎনরম্নে। মাবু ঐগী ইচল ! মাফাওবনা সুম তৌবিরম্নবনিনা য়াই খন্দুনা অতৈনসু উশিং-লক্তবনি। ঐনা হিংলিঙৈ পুন্সি মতেক খরসিদা মাবু কাউথোকপা ওম্বগী পাঙ্গল য়োকখৎপা তাই। হে থম্মোয় নঙ শোন্থরক্কনু। নুঙগুম্না কনশিনখ্রো, ফিবম তাঙ্গা মেপ্পা য়েংদনা নুঙ অতেকপা শম য়াদবৈ ফিবমতুদা অতুম লৈখ্রো। করম্নবু লৈরমগনি মানা ইমুংতুদা। য়েক্নবা অমা ওইনা কল্লকপেম্না অমুক্তা য়েংনিংইদা। মপুরোইবা কালগী য়ক লাউবতুনা নমতুনা ধর্ম্মনা য়াদবা চিঙ্গাক পিজরম্মনি হন্নবা জাতিগী মীওইশিংগা তিন্ন তোৎনতুনা চামিন থকমিন্নরম্মনি। ( মৈ মমথরকই ষ্টেজগী শক্নক খরা ওাল্লি, মংমতুদা মচননুপীগা মশেলনুপাগা থোরকই। )

বিনোদ —নঙনা তৌরিবসি করিনো, নঙনা পুম্নমক পুমশুপ শুপ্পগে সিনিনে। নুপীমচা অমা লৈজরম্নতুসু তাম্হোকখ্রে। অতুগা হৌজিক্না নঙনা ঐগী অপাম্বগী মায়োক্তা লেপ্পক্নবা। হায় ঐদি Modern world সীদা য়াওদবা য়াদেনে।

ইবেম্মা —করিগুংগীনো খন্দুনা ফনা য়াম্না য়াশিল্লবনি অদুবু ঙমদবা মতাংসু য়াওরকই। মুমিৎ চুপ্পগী মী শঙ্গু শঙ্গু পুশিল্লক্লে। চামিন থকমিন্নরিবনি হায়দুনা ইচিনসিনা পন্নিংত্রবা য়েনশাং ঙাক্তগা। কোন ফেংবগা দায় লৈতে। তামোনা শিঙ্গ লাংজবনিনা লোয়শিন খমজিনবসু অদুম তৌবিরো হায়জবগী রাতনি। হায়রুরগা মী থম্মম্বা চংহনখিবদুগী ফল ফংঙো হেক্তা হায়বিবা।

বিনোদ —নঙ লৌরুবসিদি ঐদি নঙগী সেবা তৌজগে. চাক-ইনশাং থোংজগে হায়দুনা থওইনা শীল্লবা তারেদনা। ঐঙোন্দা থবকসিমত্তা লোয়শিনবিয়ু. 'সমত্তা য়ানবা ঙাংনবিয়ু হায়বা লাকপা মীওইশিংদুনা অতাঙবা হিদাক লিক্লি অমা পুরকপদু ঐনা থিংঙবা য়াপোৎ নত্তেনে। পোৎতু লৈরবনিনা পার্টিদি খরা তোয়বা তাবনিনে। 'সিগুম্বসিদা চানরক্তবা অমা লাক্কনি হায়বসি ঐসু খঙহৌদবনিনে অদুবু হৌজিক্তি নঙনা হৌজিক হৌজিক ওইহনিবা ফিবমসি খঙজিল্লবা তুংদা য়ারিবমথৈ Adjustment থিবরোমদ' চঙশিনবা য়ারেনে।

ইবেম্মা —ইম্বোকপিরবনি হায়বগী নামাদরা তামোনা অসুক য়াম্না ঙাংনিং শক্লিংবা কয়া বন্দ লৈতনা ঙাংবিরিবা চৈবিরবসে?

বিনোদ —মদোমদসু ফত্তনঙাক পুখিনু। করি করম তৌরগা য়ানজিবা চুশিন্নদ্রিবসি শেমদোকপা য়াগদগে খন্নসি হায়বনি। ( মৈ ঙাম্থোরকই )

গোপাল —মুংঙাইরম্মনি রাখল য়াওদবী অমা। নপুন্সিদো লৈখা তারে খঙজোকো, ফজবা ফি ঙাক্তা শেৎ ইল্লে, চানিংবা অহাওবা চারে, সনানা য়াঙ্গোল অমা শিরে খন্দুনা হরাওবা য়ারিবরো। লায়র মচানিনা অরং-অরাক খরা উবদা মমিৎ থক্লমগনি। কয়া কুইদৌরিবা মদুনা? ( মৈ অমুক মমথরকই, ময়াইদা রনজিৎ মমান্নবদুগা থোরকই )

মমান্নবা —ভাই, সিদগী অজ্ঞাতুবু করম তৌগ্রগে, নত্তে ঐখোয়না য়েংশিনবিদববুদা রাখল লায়না নাতুনা শিগ্রবজাংলো ?

রনজিৎ —করিমত্তা তারমত্রিবজাংনিনা নওদি ? কৈদৌনা শিরুনি ? চাক্লা চাক্লা হিংলি। মাগী নিংতি নিয়ম অকনবহুদা খাঙ ঙমত্রমান্নে মচনগুপীছুহু মৈতৈ মুপা শেল থোকপা ওফিসার অমদা লৈথোকখ্রে।

মম'ন্নবা —য়ায়া কৈ, অমসিবুদি রাখিসনু। রামল্লব্কবকান্দা জ্ঞান লাকচনি। ঐখোয়গুম্বা মীওইশিংসে মানা কোনশিনগেদি হায়দ্রতুনা খত্তোক্লবা হোংনরিনে। ঙাওদি ঙাওবজাংনিকো মসে।

রনজিৎ —মাদা ঙায়রে অমাং অশেং থঙভিবসে। লৈরিবা ঐখোয় পুন্নমকসিনা শোক্ল-শম্ন য়াদ্রবা চন্দাল হায়বতু ওইহল্লনে মানা।

মম ন্নবা —চন্দাল খত্তোরকপদগী থবক থৌরম পুন্নমক পাংথোকপা ঙম্মনি। কুম্মৈ য়েংবদা কনসিবা। পাংথোক্লবা য়াদ্রবা কুম্মৈ-ফিয়োং কয়া অমুক হৌনরকদৌরে। নংগ্রবা মানা কনাগী থোংজিন্দা তুজবগে য়েংসি হায়রানি। (মৈ ঙান্থোরক্লে মোহোন গোপাল উন্নবা লাক্লি)

গোপাল —কনা উন্নবিগদবা ওইরবনো ?

মোহোন —বামন ইবুংঙোবুনিনে উন্নবা লাকচরিবসে।

গোপাল —ফিদাসোমদা লেংশিনবিয়ু। (লৈরম্বা মোরা অমা থাতুনা ফমহল্লি।) তাকপিয়ু করি করম্বা থৌদোক কর্ম লৈবিরবগে তাদ ননাওনা ফংজবা য়াবা সেবা তাক'পিয়ু। নহানদি ঐখোয় মমাংসিদা ডাক্তরদগী শিরগা পুথরকপা অমা অত্থুম নমত্থুনা লম্বোইহনখ্রে। খঙদ্রেদা তাদ হৌজিক-সিদা নহারোলশিংসিনা অনিং অনিংবতুদা তৌনরে।

মোহোন —লাইগী থবক খোৌরম লৈতুনা বামন ইবুংঙোদা বার্ত্তন কংচবা লাকপা নত্তে ইয়াম্বগীসে। ঙসি ইচিন-ইনাও লুরবা বাকম অমত্তং খন্নদবা য়াদতুনা লাক্লিবনি।

গোপাল —করম্বা বাফম্লো তাকপীয়ু তাদবু।

মোহোন —ঐসে নচনইবেম্মা লৌবা ইবুংঙো বিনোদনা থারকপনি।

গোপাল —ও, ভাব তাজরে, ঐদি মহোয়গী খোয়দোকপা মরী অমা অমুক লৈনজদ্রে। মরী-মতা থিবা পাম্নগনা ইয়াম্বা অমা মথক লৈকাইদা লৈরিবনি, হায়নিংবা, নিনিংবা, ফোং-দোক্লিংবা পুম্বা অসোমলোমদা ওইনা হোৎনক্লবনবু ফগনি খল্লি। 'স্নম হায়না তম্বীরো তাদনবু।

মোহোন —বামন ইবুংঙো গোপাল, ঐগী বাসি তাবিদনা হাক্লা মখা য়াম্না তাবিরকখিন্নু। ইবুংঙো মহোয়বু ইস্নোক্লিবগী মরমসিবু হান্না অমুক্তা খঙজনিংইনে।

গোপাল —চহী লৈশিল্লক্লবা তাদদা বাফমসিবু নৌহেননা অমুক ব্যাখা তৌতুনা তাকচবগী দরকার লৈররোই। ঐখোয় ব্রাহ্মননে হন্থবা জাতিদা ময়ুম পানগ্রবী মহাকপু ঐনা হিদাকপু ফিদা তিন্নফম খোক্লিব্র ? ইচন অমনি হায়না সমাজ মমাংসিদা ইচিনসিনা ফোংদোকপা ফাওবা ঙমজদ্রে।

মোহোন —অতুগুম্বা হকচিনবা বাফমতু কদায় ফাওবা ঙাক্তনা লৈখিদৌরি ? হৌজিক নচনইবেম্মা ওস্নোকপা ফিবম অমদা লৈরি। অঙাং উনবা মতম য়োৌরক্লবকান্দা মশাগী তরুবা লায়না থরা অমুক ফুদোরক্তনা থাঙ থাবসু য়াদনা ওস্নোকপা ফিবম অমদনি হৌজিক মানা লৈরিবসি। ফিবমসদা মবুং অমনা অম্থম্না অম্নম লৈথোকপা য়ারিবা মতম্না ? ইবুংঙো বিনোদনা খিক্তং নুংঙাইতনা ফিবমসিগী

মতাংদা ফোংদোক্নকপদা ঐনা য়াম্না নুংশিজনা ইচাগুম্না লোয়নবা অঙাংনিনা ঐ হেক্তা মুপীমচাসিগী মবুং উনরুগে হায়দুনা লাকইবনি। কোইস্থ কোইনপোৎ নত্তে ঐখোয় অনিসে। ফমিন্নদুনা কালগী চৎনবী হিদাক-মুংদাকফাওবা থকমিন্নরিপোৎনিদা।

গোপাল —সিগুম্বা ফিবমসিদা তাদনবা ঐনা কয়াগী মতিক কন্না মাবু ৱারক ৱাতেমজখি। হৌজিক্তি মানা তৌজবনা মানা ফংবদা তারেদো। করি উপায়দি লৈরি? সমাজনা ঐবু করিনি হায়না ঙাংনগনি? ঐদি মীয়াম্না নুংশিবিবদগী হিংজরিবনি। ধর্ম্ম-কর্ম্মগী থবক থৌরম ময়াম অমগী সেবা ফংজরিবসে মহাকথক্কী পুমলেপ লেপ্পা তারিবরো? অতৈ শিনফম অমা পায়বস্থ নত্তে ঐদি।

মোহোন —ইস, ইবুংঙোগী থম্মোয়সিদে, নচন ইবেম্মনা ওন্থোকপা অবস্থা অমদা লৈগ্রফাওবদা নশাগী ওইজবা শিংকনি অমদি সমাজগী মিনোক কিবগী নামাদা মচন অমগী মফমদা চেন্থফম থোকপা মিন্নুংশিগী ঈচেল অতুফাওবা চেন্থরক্তবা।

গোপাল —ফরস্থ কত্রবস্থ তাদ ননাওদি ব্রাহ্মননি।

মোহোন —হোয়নে ইবুংঙো ব্রাহ্মননি হায়বা নহান্না ইয়াম্বা ভাব তারে। অদুবু হন্দকী মতাংসিদা থম্মোয়দা নিংঙমদবা মতাং অমা থোকত্রা চিংনদুনা ইবুংঙোগী তৌফম থোক্লবা মবুং অমা ওইবগী কর্তব্য পালন অদু তৌ হায়বনি ইয়াম্বনা হায়বদি। ফিবমসিদা সমাজবু, ধর্ম্মবু চৎনবীবু কিবদগী নহাক্না অস্থম পংশিন্দুনা লৈরবদি তুংদা নহাকপু ইকায়-খুম্নবিরিবা সমাজদুনা নঙোন্দা ওনখৎলক্তুনা অমুক চারকনি হায়বিবনি।

গোপাল —মহাকপু ঐনা নুংশিদবা নত্তে। মহাক্কীদমক্তনি ঐনা

বাথল নুংঙাইমদহনা নাক্লরিবসু। ঐগী ইচলমক্না অসুম্না তৌগ্রবকো থল্লদা অহিং তংখায় তংখায় তুম্বা য়াপোৎনত্তে।

মোহোন —হোয়নে থোকহল্লিংদবা থৌদোক্তো থোকখ্রে। কমদৌনি বিধিনা সুম থোকন্ট হায়রুনা তমমহনা তৌরিবনি। পুম্ন-মক্তদগী নাথৈরগা হৌজিক মহাকী বারবা ফিবমসিদা ঐখোয়না কৰি তৌবা তারিবগে হায়বরোমদা চংশিল্লসি।

গোপাল —চৎনবীগী কল্লবা থৌরি, ধর্ম্মগী কল্লবা লিপুন ময়ামসিবু ঐনা করম্না মিকুপসিদা নমথেকপা ঙমগনি? ঐদি অমুক্তসু বাশকথোকখ্রে মৈতান্না রাথৈন্দ্রিবমথৈ মহাকপু ইচল অমনি হায়না লৌশিনবা ঙম্নরোই হায়না।

মোহোন —অঙকপনি নঙগী বাথল। মতম চুপ্পদা ধর্ম্ম, চৎনবা, সমাজ — ···। ধর্ম্ম হায়রিবসিবু মীওইববু অচুম্বা লম্বেলদা মীওন্দা অকায়বা, য়ৈথায়-থিনগাইবা, মুংঙাইতবা, মপুক্লিং নাবা অমত্তা পিরুদনা পুন্সিগী অরোইবা মিকুপ ফাওবা চৎহন্নবগী অমত্তা ঙাইরবা পাম্বৈ নত্তুনে? অহুগুম্বা ধর্ম্ম-হুনা করিগুম্বা মওং অমদা হৌজিক্কি ঐখোয়গী পুন্সিদা অকায়বা, পামদবা পেন্সিংঙাই ওইদবা থৌওং খজিক্তং থোকহল্লবদি ঐখোয়না মহুদগী খজিক্তং নাথৈহনা চৎপদা কয়ামুক কায়? চৎনবী কিরিবনি হায়হনা পুংফমসিদা ঐখোয়না নাতৈ চাদ্রবা ফিবম কয়া মায়োক্নরবসু অহুম চৎলিবা লম্বীহু খজিক হোংদোক্তনা চংশিনখিসি হায়বরা? ইবুংঙোদি নহানি, মতম খুদিংদা লিরবা চৎন-লোনচৎকী মরুমদা অন্ধভক্ত ওইহনা লৈবগী মহুত্তা হোংলক্লিবা সমাজগী থোংচৎ মুম্না খঙজিল্লগা চুনত্রবা চৎনবী খরা শীংনবা ঙম্বগী Spirit ফাওবা লৈফম থোকপনি।

গোপাল —করিগুম্বা মতম অমদসু পাঙথোকপা ঙম্নরোইদবা থবক অহু ননাওদা করিগী তাকপিরিবনো তাদ?

মোহোন —নঙগী থম্মোয়দুংদা তুম্লিবা মিৎ অদু হৌজিককাওবা পাঙদ্রি। ইয়াম্বস থবক কুইনা তৌরম্মে Private Secretary ফাওবা ওইরম্মিবনি। মীওই খরনদি ঐসে নহা খরগা তিন্নরগা য়াম্না লাঙবা পামজবা হন্নুবা অমা ওইনা উরম্বা য়াই। লাইনিং-লাইশোনগা মরী লৈনবা থবক্তসু ঐ অদুম শরুক য়ারিনা। গীতাগী উপদেশ কয়া ইকোকসিদা হান-জিন্নবা হোৎনরুরিবনি। পুম্নমক খঙজিন-উশিল্লরগা ইবুংঙোগী নফমদা হায়জরি ইবুংঙোগী অমত্তা ঙায়রবা নচন ইবেম্মগী য়াইফনবগী দমক হোৎনবা য়াবা হোৎনবীয়ু। মতুদা অথিংবা পিরকপা চংনবী, ধর্ম্মদো ইবুংঙোনা নিন্দা তৌবিয়ু। হৌজিকনক চৎসি ইবুংঙো, নশেল ইবুংঙোগী ব্রারবা থম্মোয়-দুবুসু খঙুং চাউখৎহনবিয়ু, নচনইবেম্মগী মাংদা অমুক্তং শকউৎপিয়ু। লৌখৎপা-লৌখত্তবা, লাই-তিন থাব অদু অদা তোপ্পা অমুক্তা থমখিসি।

গোপাল —(কপ্পি কপ্পি তৌরকই) তাদ, তোল্লবা পাঙ্গল লাশিং থোক্তবা মীগী অরাবদা মিনুংশি পোকপা ঙমদ্রব পাপী ঐবু অদুক্তদি ঙাকপিয়ু। হন্না হন্না নফমদা ৎক্তিগা লোয়ননা হায়জরি ননাওবু তাদগী অপাম্বা লৎলহুদা চিংশিনবিরগনু।

মোহোন —অসিগুম্বা মীওই খরসু সমাজসিদা হিংলম্মিবা। পুন্সিদা মোহোন ঐনা মী ফনা য়াম্না থেংনরক্লে অপঙ অশিং কয়া'মা। নহাক্কীসিনা করম্বা মওংগী ...... চহি য়াম্লবদি 'সিগুম্বা কয়া অমসু থেংনরকইদনা।

(তাঞ্জাসিদা সুখদেব ইপা পাখৎনা চেল্লকই)

সুখদেব —তামো, করিনো তারিবা পাউসিবো?

গোপাল —করিনো সুখদেব নঙনা অমুক তৌরম্লিসিনা?

সুখদেব —ইবেম্মগী মরমদনি ঐনা তারক্লিবা পাউসে ।

গোপাল —করি তৌরবগেনে ইবুংঙো, তাদগা হৌজিকসিদা ডাংন-রিবা ময়ামসে মহাক্কীনিনে । নওনা করম্বা অনৌবা পাউ অমুক পুরক্লিবা ?

সুখদেব —তামো ( কপ্লকই ) ঐ ডাক্তরদা অনাবা অমগী হংবা চৎলুবনি । অদুদা ইবেম্মগী মরমদসু খওলকপনি । ইবেম্মদো খওহৌদনা মহোয়না হায়ববু করি হায়য়ে হেমোরেজ হায়ব্রা অদু তৌরকপদগী ঐখোয় পুম্নমকপু থাদোক্লমদুনা শান্তিগী লমদম পাংথ্রে ।

গোপাল —করি হায়বা ! (বাস্থরকই সুখদেব, মোহোন মনাক্তা চংশিল্লকই । )

খুঙ্গংদা লৈবা লায়রবা মুম অমদনি।

নিংথমথাগী মতম্মী। বিমোলা, মমাগা মচেগীদা চৎনবগী বা ঙাংনরম্মী।

মমা —ইমাগী ইবেম্মা, নঙস্থ খল্ল্নে, হৌজিক্কী ঐগী চহি মতাংসিদা চাবোকপী নচেগী সেবা লাংবা তৌথুনা লৈরুবা হায়দুবু মুংঙাইগদ্রা? কৈদৌগে নঙস্থ নচেগী য়ুমথুদা লৈথোকউবা ময়াইনা।

বিমোলা —ঐখোয় ইতৈদে: ঐ য়াম্না তল্লি। যুগসিগী য়ক লাউবা মীনি, ঐগা চান্নদে হায়রমক্তদা।

মমা —নচে লৈরিথুদি, নতৈগা নঙগা তোরোৎ খাদা নকক্তবস্থ য়াইনা, নঙসে বা য়াম্না ঙাংখ্রে ইবেম্মা। ঐনা খজিক্তা হায়বদা নঙ ভাব য়াম্না তাগম্দে। হৌজিকপু ঐনা অইংবা মতমসিদা ফিশু ফিচামথুনা লৈরুবা ঙমখিদ্রো?

বিমোলা —হো মতমদো নোংমা নিনিদগী বা ওইরোইদবা। ইচেগীসি ঐ খঙজে পাক হেক ফরোই। থা ৫/৬ কা অথুম লৈশিনখিদৌ মাল্লি। অসুক শাংবা মতমদো ঐনা মখোয়দা পনশিন্দুনা লৈবা ঙম্মকওই। ঐ পৈশা তান্দবা য়াপোৎনতে থবক নোমদৌরিবনি। তলব চাব: থবক ফংঙগা ইমাবু মুংঙাইহন্দৌরিবনি।

মমা —অথুগীনিনে ঐনা খল্লিবসিস্থ। অথুবু ইমা-ইচাগী কনা লৈরিগে হৌজিকসিদা। ঙাওথ্রবা নতৈথুনদি ময়াঃগী সঙ্গসিদা য়াওরিদো! থবক ইনখাং নোম্বগী হায়নরকপদা মঙোন্দা নত্তনা কনাদনো ঐখোয়না হায়রুদৌরিসিবো? ঐখোয়না অচৌ-অশাং ওফিসার কনা খঙনগে?

বিমোলা —ঐখোয় ইতৈসিবু ইমানদি লাইদৌনকা খঞ্জশারিএ। (শঙ্গোইদা লৈরিবা ফুনাক্তা ইশিং লুমখংলিবতু শারবরা য়েংই।) ঈশিং শারে ইরুজথোক্লবা তৌরো। (মমাস্তু চংশিল্লকই)

মমা —হোয়নে চাক ঈশিং চাথোক্লবা তৌরসি। মতমসি য়াশিল্লক্কে।

২

(ডাক্তরখানাগী ফমুংদা অভাংদু ঈশি শিখৈ তুম্লি। মমা গীতাস্তু হিপ্লি মপা চংঙকই।)

গোজেন —হায় হিদাকশিংস্তু মতম চানা অত্তুমক চারিবা নত্ত্রা?

গীতা —চারি চারি।

গোজেন — ডাক্তরনদি ঙসি চৎনবা অয়া চে পিরনি হায়রে। মী লৈজদবা ঐখোয়না মফমসিদা কুইনা লৈথবা য়াবা নত্তে। হান্নগীদুগা মান্নদ্রে হন্দক্তি য়াম্না থুনা ফগৎকনি হায়দা। চেকশিন্না পংলেং লেংখোৎপা তৌদনা য়ুমদা য়ৌনবা হোৎনসি। মতম চানা ডাক্তর লন্নাই ওইনা কৌজগ্নগা অফম্ফত্ত য়েংশিনহনবা হায়রকনি।

গীতা ঐখোয় বিমোলাস্তু লাকপা য়াবা মতম ওইরে।

গোজেন —খঙদেদা মহোয় বাসি।

৩

বিমোলা বেগ অচৌবা অমা পাররগা বসতগী ফুমথরকই। মচেগী য়ুম সোরোক্তগী পংচং চংশিন্দে। থুনা য়ানা মচে উন্নবা লাকই। থোঙ্গান্দা মতৈ লৈরম্বা থেংনরে।

গোজেন —হায় নও লাকএদনা
বিমোলা —ইতৈ লাকচরে। য়ুমগী থবক ইনখাং খিত্তংস্থ লোয়শি-
ল্লমদবা য়াদদনা মত্থ হোৎনরিঙৈদা খরা থেংদোকখ্রে।
গোজেন —ফরে ফরে চংখ্রো। ঐস্থ থবক চেনগদবা য়াম্না লৈরে।

৪

(মমা ইবেলৈ লৈকায়গী মনাওন্থপীশিং অমগা ৱারী ৱাতায় তৌত্থনা লৈরি।)

মনাও —ফরে ফরে ইচে, হন্দক মুপা পোকঅবনিনা মখা তাদ্র-
বস্থ য়ারেসে।

ইবেলৈ —খঙদ্রেদা ইবেম্মা, মুপা পোকপগী হরাওবগী মথোংস্থ
খঙদ্রে, ইচান্থপীগী তৌরিবা মওংসিদা ঙনবু ওল্লেদা।
পোকই খুদিংগী ওপরেসন তৌরে। শেলনা ধমা অমা
চংখ্রে। ইয়ান্থপাগী মমাংদা শককা উৎচনিংদ্রে। মুপী
অনি পোকপগী ঘোর হন্থরম্বত্থবুদি ফরে।

মনাও —হো ফমল্লেসে। ঐখোয়দি ইচান্থপী ৫ গী মথংদা মুপা
তাথরকই। 'সিবু ঐখোয়না শিল্লবা য়াব্রো ? লাই খুরম্বৈ
হায়রুরস্থ ওখাক খুরম্মীবনি। স্থকয়া য়াদে। মাগী
ওপরেসন তৌবত্থ তৌনিংদনা তৌরিরো, মুপীমচাগী করি
মরাল লৈগে ?

ইবৈলৈ —ইয়ানিপাগী কলেজা মতাসিদা থবক থৌরমসে পংপিক
পিকশনবস্থ য়ারোইদৌরি। পিকশিন্নিংদে হায়ত্থনস্থ লৌত্রিবা
মতাসিদা কমদৌনি ? পাঙন-শাদবা অত্থম তৌবদা মতারে।
পোৎয়েংবসিগী হায়বা য়াবা মী খরা তুক মহায়ত্থরসি।

মনাও —হোয়নে ইচে, মখা থংবগী ইনম খম্বালতোন ইচে খারিকলৈ
চিথ নাম্বা য়াপোৎনত্তে, হেক্তা উনবগা হওকনি।
সিগুম্বগী থবক থৌরমসিদা য়াওজনিংগ্রবা মীওই খর লৈরি-
সিদি য়াওহন্দ য়াপোৎনত্তে।

মমা —হোয় হোয় ইবেম্মা য়াওহনগদবনি ইতৈ নোঙানজাওগী গাড়ীসিদা অচনবমখৈ হেক চৎলগা লোয়রে ।

৫

মুমিদাংগী পুং ১১ মুক তাবা মতম্মী । বিমোলা Tape recorderদা ঈশৈ খরা তারম্মম্বা তুম্নগে তৌরকপা মতম্মি । কাগী থোঙ লোন-শিল্লগে তৌরকপা মতাংদা য়ু হায়রপ ঙাওরগা মতৈ খঙহৌদনা ফৎ চংশিল্লকই মাদি খঙপ্রেক খঙলুরে ।

—হৈমা ইতৈ, মতমসি থেংলে পোখাবিরুরো কৈদৌরগে ।

মতৈ —ঐগী লাকঙম ফাঙমদ্রবা ইথক ইরাংনা লাকহৎলবা থম্মোয় অসে ইংখৌ য়াদ্রে ইবেম্মা শকহেনবী । (মুম চংশিল্লকই মতমসিদা মন্দেদি তুমথখিবদা মঙাইরি । )

বিমোলা —( খর কল্লপ ঙাংলকই ) ইতৈ শারমচৎ চৎকে খনগম্ম । চঙশিল্লকন্না হায়রিসিনি । ( বিমোলানা থোকখিগে হোৎন-রকপদা মতৈনা থোঙ নমহুনা খিংজিনখি )

৬

( চাংবাকপীগী হকচাং চেক তৌহুনা লৈরম্মী ডোক্তরনা )

ডোক্তর —ঐনা হায়হুনি ইবেম্মা, হান্না চেকশিন থৌরাং ফজনা লৌহৌবনিনা হন্দক্তি করিম্ম মুংশাখিনিংঙাই ওইদ্রে । অমুক থুনা ফগৎলক্লিবসি লাইবক ফরবনি । ওপরেসন তৌরুই হায়বগী কা হেনবা অরা-অনা থোয়দোক্না মায়োক্ন-খিদ্রে । শেল-থুমগী চাদিং খরা হেন্না তৌজবতা মঙাইরে ।

গীতা —পুম্নমক Doctor গী থৌজালদগীনি । Doctorগী লমন তোল্লবনি নচন্না । ( মপুরোইবা চংশিল্লকই )

গোজেন —হন্দকী ডোক্তরগী তেংবাং অসিদি ইপুন্সিসিদা অমুক

হন্না কাউথোকদবা মান্দ্রে। ময়ামগী সেবা তুং কোয়না তৌবা ওন্না ওইবিয়ুকো মরূপ। (ফুরিৎখাওদগী চামঙা চৎপী ১ পুথোররকপা) অতৈ অতৈ নত্রস্থু গাড়ী থাউ ফাওবদি হান্নবা ... ... ...।

ডোক্তর —করিনো তৌরিসিবো ? (শেল লৌশিন্দে) য়ারে মতুং দরকার অমুক লৈত্রে। পেসেন্ট থুনা ফগৎলক্লিবসিনি ঐগী খাইদগী পেঞ্জবা হায়ববু। বামন কম্পাদা হৌজিক থা ৬ শুরবনি ওপরেসন পাংথোকখিবা অমা Improvement সি থিন্না লাকই হায়তাই। ঐখোয়গীসিদি মতুমক্তি ওইত্রেদনা।

মপুরোইবা—কৎচক্লিবসি visit charge নি হায়না লৌবিগনু কৈদৌরগে ?

ডোক্তর —অস, মরূপ নহোয় ঐখোয়সে High school life তা ফাস অমত্তুদা ফংশিন্নদুনা তিন্নরক্লিবনি। মরূপ অমগী মতেং 'সিগ্নম কান্দা পাংনদ্রদি তিন্নরকপগী করি অর্থ থোকইগে। সে লেঙথোকঅসি। (থোকমিন্নখ্রে)

৭

বিমোলা —(মথন্নতা হিক হিক কপ্পুনা লৈরি) ইচেনা থোক্লিবা থৌদোক অসি খঙগ্রবদি করম তৌবা ? উপায় লৈখিদে মতমথুদা। করিগুম্বা মওং অমা নত্রগা অমদা ইতৈদগী নাম্থোক্লবা খুদোংচাবা ফংখিদে। বা বা লাউরক্লগনা ঐগী কজকম সুক্কৈ লৈররোইদবা। ঐ তশেংনা শিনিংলে, থৌরি য়ান্দুনা শিখিবনা ইফ ফরনি। (কাংখদা থৌরি অমসু থম্মি। মতু মানা পুথোরকপদা মতৈসু কাতুদা অমুক চংলকই)।

মৈতৈ —করিনো নঙনা তৌরিবদো বিমোলা ?

বিমোলা —( মোং হাদনা ) করিনো ইতৈনা হংঙকইসিবো ? শিনবা শেম শাগদৌরিবনি, আত্মাঘাট তৌগদৌরিবনি । মুপীগী থম্মোয়বু ঙাইহাক্কী অপেনবা ফংনবা শক্তিনা খুতুম চনবা পাম্বা ইতৈহোয়গুম্বা মুপাশিংগী তুং কোইনা য়াইফহৌনবা।

মৈতৈ —( থৌরি মতৈনা মুনথ্রগা ) বিমোলা নঙনা শাথিনা ঐবু হিংচা য়াইতম্বা মীশক্তি হায়না লৌথ্রমাল্লে। তৌবদি ঐগী লমহেল্লবা ৱাখলসিনা নঙবু ইনাওনুপী অমা ওইনা থনবা ঙমখিদবা মতাং অমা য়াওগ্রে। শিনিংবগী ৱাখল থাদোক্লনা নতৈগী নাক্তা অনৌবা পুন্সি অমগী মহাও লৌনবা হোৎনরো কৈদৌবগে ? নচেনা কৈস্থ হায়রোই৹ পঙথ্রবা নচেনি ।

৮

(মচাগী নাক্তা মমানা মতৈবু শাউনা চৈ থাংলম্মী ।)

মমা —করি ! মহা পাপী নতৈ অতুনা ইচাগী নৌনা হৌরক্লিবা পুন্সিবু মমল লৈহন্দনবা থাংঙথক্তা কেমখিনবা থৌরাংলম্বা ?

বিমোলা —পুন্নমকসে জ্ঞান তাদবী তুংগী পোরম উদবী অপংবী ইমাগী বা লৌক্লবদগীনি । ইমানা ঐবু মাঙহনবীরে । ঐগী পুন্সিগী মরমদা করিস্থ হস্থাননা থনবিখিদবনি । (বিমোলা মশা ঙমদবগী মতৌ উংঙ্গি । অমুকস্থ হন্দোক্লিংবগী মওং অমা তৌরকই । য়েনথারোমদা থোক্লনা হন্দোক্লই ।)

মমা —( মচাবু থেমজিঞ্জে ) ইমা পঙহৌরে । ইচানা স্থম থোকউনি হায়বদি কনানা থঙগনি ? ফত্তবা নতৈনি

হায়বসি ইমাদি খঙহৌদ্রেনে। ফরে পুম্নমক হৌগ্রবনি। মী অতৈ অতৈ খঙনরক্তিৈঙদা নশা বাই শংদোক্লবা তৌরসি। ইমানা পুম্নমক য়ানবা শিল্লগে। নফি হোংঙো থেংঙে।

বিমোলা —অসুক ঙমত্রবসিদা কদায়দা ঐবু পুদৌরিনো? ঐবু অমুক কনাদা য়োন্থোকখিগে হায়রিনো?

মমা —তুমিন লৈয়ু মথা তারনু হায়রেদনা, ডাক্তরদা চৎসি।

৯

(ইমুংদা গোজেনগা গীতাগা খৎনরম্মী)

গীতা — শা ওল্লবা, মীওইবগী লিচৎ অমত্তা চৎত্রবা নঙবু ঐগী মুপা? ঐগী নাক্তা চংবিরকনু। ঐ শাগা লোয়নবা ঙমজরোই ঐনা ঙসি ফাওবা 'সিদা লৈরিবসি, (মরাইবক্তা খুত্তম্না ওই) ঐসে মুপী ওইদ্রবী লাইফদিবী হায়দু ওল্লবনে। করিগীনো ঐনা শাগা লোয়নদুনা অসুম লৈনিংঙিসিবো?

গোজেন —হায়, য়াম্না শাউখিনু। মশা ফগৎলক্লগনে নোংমা পুল্লপ শাউনিংবা, পেন্দবা, নুংঙাইতবশিংদো পুনশিনহল্লগা নথম্মোয় পেম্না শাউদোকউ। ঙসিদি মতুগী মতম নত্তে। মঙ পৈশা য়াম্না চঙনা লায়েংলিক্নি।

গীতা —লায়েংবিনু কৈস্থু। শিবিখিগে নমাং থানা।

গোজেন — শিগ্রগাঅঙাংশিংসে মমা লৈতবা মচা ওইহনগেরা গধা। থোকগ্রবশিংগী করিমত্তা খল্লমু হায়রেদনা। মীওইবগী ইতিহাস ফাক্কৎতুনা য়েংউনহে। 'সিগুম্বসি কোতো অমা থোকগ্রবা ঙাক্তনিনে। ঐনা অহানবা হৌদোকপা নত্তেনে।

১০

Maternity and Child Hospital হায়না Sign board থেৎপা ডাক্তরখানা অমগী মমাংদা বিমোলাগা ইবেলৈগা ওটো-রিক্সোদগী কুমথরকই। থুনা য়াংনা ডাক্তরখানাহুদা চংমিন্নখি।

১১

( মমা-মচা য়ুমগী মনিংদা লৈরিঙৈদা মপাল্লোমদগী লৈকায়গী মনাওনুপী থাবল্লৈনা কৌরকই। মমানা থোরক্লগা )

ইবেলৈ —ইবেম্মা নঙ ওইরে।

থাবল্লৈ —ঙরাংস্থ ইচে ঐদি লাকঅম্মী, অমত্তস্থ লৈরমদে।

ইবেলৈ —থবক অমা ইমা-ইচা চৎলুরে। ( লৈরম্বা মোবা অমা থাই) সে সিদা অমুক্তা ফম্মুসে। ( ফমখি )

থাবল্লৈ —বা অমত্তং হায়রম্নগা চৎলগে।

ইবেলৈ —করি অথুবা থবক লৈহোৌগেনে ?

থাবল্লৈ —খ্বাইরম্বন চৎলুদোবা লৈরি। পোৎ-চৈ খবা লৈকখিগে। বিমোলা লাকঅবা নত্রনে ?

ইবেলৈ —হো লাকএ লাকএ' মীগীদা কুইনা লৈনিংবজাৎ নত্তে।

থাবল্লৈ —ইবেম্মা অমা লৈরম্বহুদি চৎথ্রবা ?

ইবেলৈ —চৎহনখ্রে চৎহনখ্রে মাগী দরকার থোইনা লৈপোৎ নত্তে।

থাবল্লৈ —বাসে শম্না হেক্তা হায়রম্মগে। সুম তৌবনে নচা-নুপী বিমোলাসে তান চারিঙৈদা থাজথোকখ্রসিদনা।

ইবেলৈ —মুপা অফববু লৈরবরনে নঙনা হায়রিসিবো।

থাবল্লৈ —লৈদনবু হায়রিনিনে। ঐনবু ইচেহোয়গী লৈখা তানবা ফত্তনবা শিনগজো। তৌবত্তদি ইচে য়াঙং ইল্ল কায়হুদি য়ারকদবা মান্দেকো। ইচেগী ফিবমসিদা ঐনা অমুকস্থ খঙ্গানরিবা

ইবেলৈ —হায়, অহুগী খল্লবুদনে, ঐনা য়ানবা শিনগনি। মুপা অফবদা থাজথোকসিকো।

থাবল্লৈ —হো য়ারে। হন্দক্কী মতাংসিদা থবকসে পাংথোকপা য়ানবা অমুক্তা শিনসিসে। মী খুদিংনা কৈ হায়রে, ইনাক ফংই ফনা ফজনা খুল্লে।

১২

(গীতানা মচানুপাহু ফমুংদা তুমহন্নবা থৌরাং তৌরি।) মথন্নতা

শোল্লকই—ঐখোয় বিমোলা লৌরগে হায়বা মুপা লৈরে হায়সিদি মুংঙাইরেনা কৈনো। থরা থুনা লুহোংবগী বা হৌদোক্লুহুনা মাগী অরেপ্পা অমা খঙথ্রবদি নুংঙাইথ্রনিদা।

১৩

(মমানা চাক থোংলি। মচানা য়েনশাং শেমজিল্লকই)

ইবেলৈ —হায় হন্দক্কী মতাংসিদা মাই-ঙম্মোয় হায়বা রাহু হায়-রকন্নুকো।

বিমোলা —ইমা ঐবু পাপকী লম্বীদা চিংশিনবিরগনু। ঐ পুন্সি চুপ্পা ইমাগী নাক্তা লৈরগে।

ইবেল্লৈ —ওইথোক্লোইদবা রাহু ঙাংগনু। ঐগী করিমত্তা খনগনু। ফিবমসিদা মসি নত্তনা নঙগী তুংগী য়াইফনবগী লম্বী লৈতে।

বিমোলা —লুখাক ওইরবা পুন্সিসে কনাগী মফমদা মঙল কয়া পিহুনা য়োনখিগে হায়রিনো ?

ইবেলৈ —অহুগুম্বা কান্নদ্রবা বারেমহু ঙাংগনু। পুক্নিংদা অমাংবা লৈবা কনানসু খঙদবনি। খুদোংচাবা হায়বসি পুন্সিদা

তোয়না লাক্তবনি। পৈশা মুংশা লৈতবগী করিমত্তা খল্লুন্ন। কোঙৌ তিন অমথক ওইন্নবস্থ অওং অউননি হায়ত্নুনা ইচাগী তম্মগা লুহোংগনি। ঐগী লেপখ্রবা ফিরেপনি।

বিমোলা —ইমাগী তুংগী পুন্সিনা কমদৌহোবা ?

ইবেলৈ —মতুগীদমক নওনা মুংশা থিবিগদবা নত্তে। ইমা হিংলি হিংখিনি নখোয় খ্বাইগী মুংঙাই-য়াইফ কয়াবু থাপ্তক্লা য়েংত্নুনা। নচেগীস্থ ফত্তে, হায়রিসি লৈবাক মীমাংদা মেক লাউদনা পাল্লিন্সিনি। লায়রন্নবী লুখ্রাবী ঐনা নচেবুস্থ লুহোংখ্রিবসিনি।

বিমোলা —ঐ তশেংনমক ইমা মুপা হায়বা জাৎসিগা নকশিন্নবা তল্লেদা।

ইবেলৈ —পুন্সিদা অমুকথক খুদি থীক্লগা হজিন হজিন থীগনি খন্দুনা নপুক্লিং লাওলিবা করিগিনো ? নথম্মোয় চাউখৎলু। ইহে, বা অমা হায়দৌবু কাউরেনহে। নহোয় হিন্দিগী পরিক্ষা হায়দোকএ হায়বনিনে অমুক্তা য়েংউচো।

১৪

হিন্দি বিদ্যালয় অমদা বিমোলা লাকই। নোটিশ বোর্ডতা চং-শিন্দুনা মাগী রোল নম্বর য়াওব্রা য়েংই। সেকেন্দ ডিবিজন্দা য়াওরম্বা থেংনবদা—

ইস, ঐবু হন্দক সেকেন্দ ডিবিজন্দা পাস তৌরবা।

১৫

( বিমোলা লুহোংখিদৌরে হায়বগীদমক মন্দোমচা থাবল্লেনা চাক কৌবিরি )

—ইবেম্মা নচেগী ইরোনবত্থ খরা হাপ্পিখোসে।

বিমোলা —য়ারে ইন্দোমচা ( মুপীমচা অমনা ইরোনবা হাপপি।)

থাবল্লে —চাশিল্ল্, চাশিল্ল্। চাক লেমহনগন্নু, ঙমথোকউ। কুইররোইদা অহাউবদা চা শেৎনিংবতা শেৎ লেল্ল্রগদবনি। ইন্দোমচাগী বাদি নপুরোইবগা মৎ তিন্নবা সেগা মাইগা তান্নহনা ইংনা য়ুম পান্নবা হোৎনগদবনি।

১৬

মুপীমচা অমনা বিমোলাগী মমাবু কৌরকই। মমাত্থদি মুংশুক মুংজাননা ফমহনা লৈরি।

মুপীমচা —ইমাবোক, চাক লোয়রে চাথোকঅসি।

ইবেলৈ —ইবেম্মা, ইমাবোক্তি চাক চানিংদ্রেদা।

মুপীমচা —ইমাবোক কৈদৌবগী মুংঙাইত্রিবনো ইচে চৎপ্রগা। ইমাবোক্না ইচেতবু লুহোংপ্রবদি মুংঙাইতবা অমত্তা লৈররোই, অনিংবা লোয়না থুংলে হায়থিত্থদি।

১৭

মুপামচা অমগা শেল তোল্লগা শিংদবগী দোরেনগী ( বিমোলাগী মুপা ) য়ুমদা বা খরা ঙাংনরি।

মুপামচা —তাতোম্না পিনি পিনি হায়হনা কয়াররক্লো থারিসিবো? ঐ ঙসিদি শেলত্থ পুদনা শুকহন হল্লোই।

দোরেন —ইবুংঙো বাসে কম্না ঙাংনগুমসি। খজিক্কা হায়রবস্থ ইয়াম্বা নঙনা তিঙ শোক্না মুংঙাইত্রে, রারোরে হায়বসি খঙবজাৎনি। উপায় লৈতে। হৌজিক বিল অমত্তা থাদোক্তি। বেঙ্কতা শেল কায়বা মুংবা অমত্তা য়াদ্রে হায়রিসি নহোয় তাদবরো? খবর পানদবরো?

নুপামচা —ঐগী শেলফমতুদি ফনা কুইখ্রেনা । শেল কায়থোকপা য়ারিবৈ অথিংবা থম্লক্তিবৈ মতমদসু থোকপা অমা হেক্তা হায়জিল্লকই। পিগে হায়রদি নহান্না য়ারপোংনি। হয়েংদনি হংচিন্তনি সুককুই কুইতল্লোই হায়খিল্লুনা থা কয়া শুরে । লিশিং তরাতু অরৈবা শাবা নহোয়দি করিসু ওইরমদবা য়াই । এখোয়দদি থামুক পাকই ।

( বিমোলা থোরকই ) —ইবুংঙো, ঙসিদি লেংঙো, ইতৈমনা হায়রিবসি থাজবিয়ু। থেংনবদা হাপ্তাসিগী নন্নুংদা নহাক্কী শেলফমতু শিংদোরক্লগে ।

নুপামচা —আ, ইতৈমা অসুম্না কয়ারক থানরবা তুংদা অওইবা অমত্তা তৌনরক্লবনিনা ইথাবু থাজরক্লেদা ।

বিমোলা —চুম্মী, ইনাওগী বাফমসিসু । হন্দক্তি ইতৈমনা থাজবা পিরেদনা । নয়াম্বসিগা 'সিগী মতাংদা বা মথা অমুক তানা ঙাংনরুরসু । ইতৈমনা শোয়দনা শিংদোক্লবা তৌনি । লাক্লিবা নোংমাইজিং নুমিৎসিগী মুমিদাংবাইরমদা অমুক্তং চৎথোরকউ ।

দোরেন —নঙনা মরক্তা অমুক ফেনজিল্লকইসি করিগীনো । চংখ্রো চৎলু ।

বিমোলা —ও, খিৎ তোকপিরো কৈদৌবগে ?

নুপামচা —ফৈ মতমতুফাওবদি ঙাইবিখিগে । ( চৎখ্রে )

(দোরেন্না উপুদগী ফোরেন লিকর লিক্লি অমা লৌথোক্লকই ।)

দোরেন – হায় য়েরুম হো হায়তু হৌরবা ?

বিমোলা —তামো, ঙসিদি মওং অমা তাররোই । তোকপিরো কৈদৌরগে হয়েং ওইনা তৌবিরোসে, পিবিরকও (লৌগে তৌই)

দোরেন —করি নঙনা পান্নবিরিবরো ? ( থংইন ইল্লই, খোংফম চাহৌদতুনা বিমোলা তুই ।) থকখিনি নরন্না থকচবরো ?

১৭

( বিমোলা চংখিবদগী ইশোন শোঞ্জিল্লক্লবী মমাদো মাঙ্গোন্দা হিগুনা লৈরি। মনাক্তা হিদাক লিক্লি ১/২সু লৈবা উই। থাবল্লৈস্ ফমডুনা লৈরম্মী। মঙোন্দা মুংঙাইতবা খরদি ফোংদোকপা হৌরকই )

ইবেম্মা ইচা বিমোলাগী খনবদা ঐ তাইবংপাল থাদোকপা ঙম্মোইদৌরি। ওম্থোক্লা থীখ্রেদকো ইচা অসিগী মরাইবকসে।

থাবল্লৈ —ইচে বাখলডুতনা ইচেবু মতম চুপ্পা অনা-সোয়হল্লগনি। খরসু য়াংনা খন্দোকসি। মতম্মা পুরকপা অহোংবা য়েংখিসি। কনানা খঙগনি অসুম্মা নুপাডুনা ওইরক্কনি হায়বদি। ফৈ হায়ডনা পিরুরে। য়েংখিসি, মমিত্তা মচা উরবকান্দা মানা কয়াম কুইনা ঙাওশিন্নবা ঙম্বগে হায়বদো।

ইবেমৈ —হোয় ইবেম্মা জ্ঞান তারকংদি ওইসনু। অন্থুবু চৌজিক্কী পুংখম অসিমদি ৰানা নুংঙাইতনা ইচানা লেল্লমগনিদো। ( ঙাংনরিঙৈসিদা থোঙ্গান্দা মাংগটি কার অমা থাম্বা উই। মচানুপী অহল, মমানিপা, মশুনুপী মহোয়থৈ লাকপা ওইরম্মে। ময়ামতু চংশিল্লকপা উরকপদা )

থাবল্লৈ —হৈমা নচাও, নয়াও নশুও লায়না লাকএ ইচে। নাবা ফরনি। ( মমা ভপ্পা হৌগংলকই )

থাবল্লৈ —ইবুংঙো লেংশিল্লকউ। হায় নুপীমচা নতৈগী ফিদা পুথোরকউ। ( থুনা ইমুংতুদ লৈবী নুপীমচাতুনা মোরা পুথোরকই ) লৈহৌখো লৈহৌখো ইন্দোমচা থবক থরা লৈহৌরি। ইচে চংলগে।

ইবেমৈ —চংলগেরনে ফরে ফরে। ( ময়ানিপা ফিদাদা ফমখি মচানুপী· মশুপীদি অহলগী মনাক্তা ফমখ্রে। নুপীমচাতুদি

ইচম চয়া ময়ামছুগী মরক্তা লেপ্তুনা লৈরি। মনেমপোক্তি ময়ানিপাবু হয়াও তয়ায়া কৌনিংবগী মতৌ উত্তে।

গোজেন —ইমাইবেম্মগী অনাবসি খজিক্কুং ফগৎপিরক্লবয়া কমদৌরিবগে

ইবেলৈ —অহল লায়না হায়ছুনি, তপ্পা তপ্পা ফগৎলকপা হায়ছুনি।

গোজেন —ইমাইবেম্মগী হৌজিক ওইরিবা ফিবমসিদা শেলগী দরং কারস্থ অঙকপা ফংনা লৈরম্লগনি খল্লি। হিদাক লাংথকস্থ মতিক চানা লৈবা লোয়ননা অফবা ডাক্তর তাম্নবগী মথৌস্থ ভাগনি। নহানখৈ ঐস্ত শেল থুম খরা ফংনবা তাম্নরুবদা সোমদা হাইদোকপা ঙমখিদবনি। অমং ওইরে অমবু ওইরে ফিবমসিদা খিত্তুং মতেং ওইনব (লুপা লিশিং ১ পুথোরকই) সিদং ইমাইবেম্মনা অয়াম য়ামদা থিবিদনা লৌশিনবিয়ু।

ইবেলৈ —করিগীনো শেনফমছুবো? নহোয়না ইমা লৈরি নিংশিং ছুনা লাক্লিবসিনা পুংপেন পেল্লে। শেলগী থোয়দোকপ খল্লস্ত।

গোজেন —সিদগীদি তোয়না লাক্তুনা য়েংশিল্লরগদবনি ইমাইবেম্মা ডাক্তরস্থ পুছুনা লাকনি। লৌশিনবিয়ু শেনফমসিদি।

মশুম্নপী —বোবোক পাপানা পৈশা পিরগা করিগী লৌরোই হায় রিনো? পৈশানা হিদাক লৈরগা মতম চানা হিদাক থকঅগা নাবছু হেক্তা ফরক্তৌনি। বোবোক অছুমাইন তৌরগা নাবা ফরোইকো।

ইবেলৈ —কয়াদা মুংঙাইনা ইশুনা ঙাংলিবনো। ইশুনা নাব ফরো হায়রবদি বোবোক্তি ফনি।

গীতা —ইমা, ফিবমসিদা সুম্না সুম লৈবসি য়েংবা মুংঙাইত্রে ঐখোয়গীদা অ ··· ··· মতম খরদা ওইরবস্থ ··· ···।

ইবেলৈ —ইমাগী ইবেম্মা হৌজিকসিদা ইমাবু বা য়াম্না ঙাংহনগম্ন

ইমানা বা খরা শাংনা ঙাংথন্নকপদা নঙগী মুংঙাইরোইদবা মতাং খরস্থ য়াওরকপা য়াই। নঙ ইমাগী মরমদা অত্থক হান্না হকচিন্নস্থ খল্লন্থ।

১৮

( মুমিদাং অমা বিমোলাগা মাগী মুপাগা খৎনখৎলকই )

বিমোলা —ইমাদা লুপা ৫০০০ খক্তং পিরুবত্থগীরা নঙনা ঐগী অহল লমনগা পন্দুনা ঙাইহাক লৈতনা চৈ থাংলিবসে। ঐনা তৌখিবত্থদি কাউথোকইনি, মপান থোকপা য়াদত্থনা মীনা ফুবিদৌগী ঙায়ত্থনা লৈরবদা নবেম্মা ঐনা সনা কায়থোক্লগা শেল শিংদোকথিবদো।

দোরেন —নঙ ঐঙোম্বা বা য়াম্না ঙাংখিব্রা বিমোলা? কদায়দৈ বারক্তবী লমজা শরা মচা অমা লৌরুত্থনা ঐসে নোংমা নোংমগী নংথরক্লবনি। ঐ য়াম্না মুংঙাইবা য়ারম্নবনি। পৎ ভৎথৈ নংবা অমা হেক লৌরুবদগী লোয়রে হৌজিক্তি।

বিমোলা —হোয়নে হোয়নে ঐখোয় ইমুংনা নঙোম্বা ভিক্ষা নিবা ইতৎ ভৎতনা লাকপদো।

দোরেন —নঙ ঐঙোম্বা করেম কথাইনত্থনা হন্না হন্না খুমজন্থ। য়াম্না শান্তি লৈগদৌবা মফম অমদা লৈজরুরো। মাথা শাবা ফত্রা য়েংগে হায়ত্থনা য়ু তোয়না থক্লিবনিনে। হৌজিক নঙনা ঐঙোন্দে করি পাম্মী? নঙগুম্নসে সিকিগী ৫ তৌরস্থ পামদ্রে ইবেম্মা।

বিমোলা —চৎকনি নঙনা তানদ্রবস্থ চৎকনি। ঙসি অহিংসিতনি ঐনা নখোয়গীসিদা লৈরমদৌরিসি। লায়রবী ঐগী উল্লকপা উপু কাংথোন অতেকপা খরসে য়োম্থোকহৌরো। ঐখোয়দি নঙগী লিশিং ৫ শিংনিংঙাই পৈশাস্থ লৈজদে। হয়েং নোং

ঙানবগা ইপাম চৎথনি। পুন্সিসিদা নওগুম্বা মুপাগা অমুক হন্নসু লোয়নজররোই।

১৯

ফক্লাং ঘড়ীনা অয়ুক্কী পুং ৮ তারকপগী কাংসি য়ৈরকই। বিমোলা শেম শাবা লোয়শিল্লে। মপোৎ মচৈ থোয়-দোকপা পুদে। খর চাওবা বেগ অমদা মফি মরোল খরা হাপচিল্লগা য়ুমথুদগী মপান থোরকই। মপুরোইবদসু বা অমত্তা হায়রমদে। নুপাচুদি ফমুংদা কন্না নাখোক্তনা তুম্মি।

২০

(মমা-মচা মবোকহোয়দা চৎলুবগী বারী তৌনরি)

মচানুপী —ইমা, ঐদি বোবোকসে য়াম্না নুংশিবো। ঐগুম্বশিংসে য়াম্না নুনা তৌরমগনিকো। ইমা, করিগীনো বোবোক্না পৈশা পিরগা লৌ য়াদ্রিত্তুবো?

গীতা —হো নহোয় বাবাসে য়াম্না নুংশিদেয়ে। নুংশিরদি হরাও হরাও লোহোদৌনি।

মচা —ঐখোয় বাবা নুংশিদ্রসু ঐখোয় অনিদি নুংশিবা য়াইনা।

গীতা —নহোয় বাবা য়াওরমদ্রবদি খরসু ফরমদৌনি। ইকাইখ্রেদা। নবোক্তি অফবা পুকচেল শেংবা মীতবু নুংশিবনে। নহোয় বাবাগুম্বা য়ুথকপা, লমচৎ ফজদবা মীদি মশক ফাওবা য়েংনিংবা জাৎ নত্তে।

মচা —ও, অদুদি টি, ভি দা লাকপা রামায়নদা য়াওবা রাম শাবদো, মহোয়গুম্বা ওইতারে বোবোক্না নুংশিরিসে। (অঙাং বপ্পগী মখোল তারকই) ইমা ইপ্‌খা জোনসন কপ্পে। (মমা চংশিনখি) ঐখোয় ইপ্‌খাসে ঙাইহাক ঙাইহাক্তা হেক তুম্মী, খরসু কুইনা তুমগে হায়দে।

২১

ঘুমিদাংনি। সহরগী হোটেল অমদা ছাত্রগী লুচিংবা ৩/৪না চংশুক্তনা সরপ্রজাইজ চেক তৌবা লাক্লি। মাংওইননা দোরেনগা ত্রাইবেল নুপী অমগা কা ১ দগী থোরকই। ওইরক্লিবা ফিবমতু খঙঙকপদগী দোরেনদি হৈশিংনা চেন্থোকখিতুনা নান্থোকখ্রে। চাঁংমী নিংঙোলছদি ফাজিনহৌরে। ছাত্রশিংতুনা থা ১ চুপ্পা হোটেল হাংদনবা বানিং পিখ্রে।

২২

(বিমোলা, ইবেলৈ থাবল্লৈ মাঙোন্দা ফমতনা বারী শান্নরী)

থাবল্লৈ —ইচা বিমোলাগী লাইবক্তা সুম থোকউ হায়দুনা তমখিবননি। ঐখোয় খাইনা হোৎনরুরিবসি মাংঙলসমু শিরসমু হায়দুনা তৌরুবদি নত্তেদনা। ইচেদগী ঐনা হেন্না নুংঙাইত্রিবনি থোদোসে।

ইবেলৈ —হা করমদি তৌনি ইবেম্মা, য়াম্না হকচিন্না খল্লরগুমসিদা। মীওইবগী পুন্সিবু 'সুম মওইরে হায়বা ঙমদবনিদা। লাইরিক-লাইশু নিংথিজনা তম্মে। শুবা-নোংা কল্লি! মপুন্সি নুংঙাইনা লেনবা ঙম্নবা মরাইনা হোৎনজরনি।

থাবল্লৈ —মরু ওইনা হকচাং নাশয়েক্তনবা হোৎনবিয়ুকো ইচে। অরা-ৱাখল পংখন খনবিক্লরনুদা। ঐখোয় খাই লৈরিসিদি। বিধাতানা ঐখোয়বু বারো নংলো হায়দুনতা শেম্বিরম্লগদি খঙদ্রে, ঐখোয়গী হোৎনফম থোকপদি হোৎনখিনি। নুপীমচা

বিমোলা —ইন্দোমচা

থাবল্লৈ —ঐখোয়গী অঙাং ৩/৪ খক লৈরিসি নহোয় হিন্দি হায়দু য়াম্না শোল্লে হায়নহে। নঙনা খরা তাকপি তম্বী তৌদ্রদি ফেল ওইরনি করম্লো ?

বিমোলা —তম্বীরগা লোয়রে কৈনো ইন্দোমচা, থাবিরকও য়াই।
থাবল্লৈ —নুংঙাইরেদা ইচা লৈরম্বসে। হিন্দিগী ওজা অমা থিরম্নি প্রাইভেট তমহন্দ্রদি য়াররোই হায়দুনা ঙাংনরবনি। নঙনা সিদা লৈরবনিনা ঐখোয় বাররোই।
ইবেলৈ —ফরে ফরে, মাগী মথৌ অমা লৈরবদি মতম লেনবদসু নুংঙাইরনি।
থাবল্লৈ —ঐখোয় অঙাংশিংসি তম্বীবা হৌবদা মমাংগী থোয়নু-হোয়গী অঙাং ৪/৫ অমসু মতুং ইন্নরকঅদৌনি।
ইবেলৈ —এ, থোইনুহোয়গী মচেগী মমাংদা ইচানুপীনা সুম্না লেনবসিদি কল্লক-পেল্লমগনি।
থাবল্লৈ —হেরা ইচে অতুগুম্বা খল্লরমুদা। মহোয়না কয়া য়াম হেন্দুনা, মহোয়দসু লাইবক থীবী অমা লৈরিনা।

২৩

রঞ্জন (বিমোলাগা নুংশিনরম্বা) চীংগী মিসন স্কুল অমদা থবক তৌরুবদগী ছুটি মতম ওইরকপদা য়ুমদা থোরকই। বসতগী কুমথরগা রিক্সোদা মপোৎ-মচৈ খরগা লোয়ননা ময়ুম মাইকৈ পাংলকই। বিমোলানা বাজারদা পোৎ-চৈ খরা লৈবগী লৈরিঙৈদা মানা রিক্সোদা চংখিবতু উহৌই। রঞ্জনদি উখিদ্রে।

১৪

ট্রাইবেল খুল অমদা চীংমী লুখ্রাবী অমগী য়ুমদা দোরেন য়ু থক্লগা হল্লু স্কয়া য়াদ্রে।
চীংমী নুপী—ইপুংঙো মতমসে থেংলেনে, মীনা ঐঙোন্দা রা য়াম্না কম্না হায়নিকো। থুনা চৎখিনবা তৌরো।
দোরেন —ইচে ঐনা চত্তোরিসি কদায়দনো, ঐগী পম্থংফম লৈতে। ঐগী য়ুম লৈতে। ঐ অবারানি, অবারা হুং, মৈ অবারা হুং (ঈশৈ শক্লকই)

নুপী —কৈনো হায়রিসিবো, নংগী য়ুম মীনা মুনগ্রবরো ?

দোরেন —ইচে, নচননুপীহু ঐগা শাউনবদৈ ঐবু থাদোক্লগা চৎপিখ্রে। ঐ হৌজিক থালিদা লৈহৌরে। পাগ্রাসু নত্তবগুম তৌ, ভাব মেন অমা ইতা তাদ্রে ইচে।

নুপী —হো কৌশিল্ল, কৌশিল্ল। নুপী য়াওদনা য়ুম পানবা য়াতপনিকো। নঙনা 'সুম্না কয়া কুইনা লৈখিদৌরিনো ? ভাব তাউ, মতম ফত্তেকো হৌজিকসে।

দোরেন —ইচে, নপাবু তাম্থোক্লগা মুংঙাইনি খল্লবকো। ও ! অতুগী শরুক ফুবিরো, হাত্তোকপিরো, খুলগী মী ময়াম কৌরগা শরুক তেক্লবা নামা শোয়নবা থোমদৎপিরো। নপা' করিসু হায়জরোই।

নুপী —সুম ঙাংতুনা লৈরেনসে। নহোয়গুম্বা লাকপসি শেলদি য়াম ফংঙবস্থ লাক্লপদি বায়নে।

১৫

অয়ুক্তনি। বিমোলা লৈবাক তৌরি। প্রাইভেট তম্বা লাকপা অঙাং ৫/৬ চংশিল্লকই।

—হৈমা ঐদি ঙসিদি লাকঅরোইদৌবোই খল্লরে অতুগা থেংনগা লাকইনে।

অঙাং ১ —মেদাম, পাকপী ঙাইবদা ঐখোয় থেংঙিনে।

বিমোলা —ফরে ফরে চংঙো লাইরিক পাবা হৌরম্মো ঐ লাকঅদৌনি।

২৬

( নুমিদাংগী পুং ৯ লোম তারে। বিমোলা ফমুংদা চংখ্রে। অতুবু তুম্বদি য়াখিদে, রঞ্জনগী বাখলনা মতমসিদা মঙোন্দা ওৎলরি। তপ্না শোল্লকই )

তামো রঞ্জন, নোংদম্বনা সুম থোকউ তমখিবনা লায়রজরবস্থ অরাংবা আশা তৌজরুবা ঐগী পুন্সি ফত্তবা

ইতৈনা লৈখা তাহনবিখিবনি। মথংদগীদি অশোয়বা অমগী মথংদা অশোয়বা কয়া হৌনদুনা লাকখি। নহাকা উনদুনা পুক্লিংগী অথুপ্পা বারোল কয়া ফোংদোক্লবগী মতম ফংখিদ্রে। মতম অদু মুংশিরকইদা, লাক্লরোইদো অমুক হন্না

২৬ (ক)

(কেবিন লৈবা মতমগী Restaurent অমদা বিমোলা অমদি রঞ্জন চংলক্লুনা ফম্মিন্নরে। থনম্মিবা চেদু য়েংলগা)

রঞ্জন —করি চাসে হায়বা ?

বিমোলা —কৈনো অপাম্বা অমা হেক হায়বিখো।

রঞ্জন —দোশা চাশিরো ?

বিমোলা —দশা তানবরা ইবানিমক (অনিমক নোকমিন্নৈ) ফরেনে ফরেনে হায়খোনে। (ত প্পাদুদা হোটেলগী মী চংলকই)

রঞ্জন —Dosa ২ হান্না অমুক্কা। (হোটেলগী মী থোকখি)

বিমোলা —তামোদি মাষ্টর লোয়রে, তম্বসু মপান্দা তম্মুরিবনি। সঙ্গ লৈবনিনা থবক তান্নবা য়াদ্রিবো ?

রঞ্জন —থবকপু পাক হেক লৈবা ওম্প্রনে নঙনা হায়রিসিবো ?

বিমোলা —তামোহোয়গুম্বা হিরম খুদিদা বাত্তুবা মীওইশিংসিনা থবক ফংদ্রদি ঐখোয়গুম্বা পং তংপদি কমদৌতাবা।

রঞ্জন —বিমোলা, নঙগা অসুম্না উন্নরিবৈ মিকুপসিদা অবাবা বারীসি লিথোক্লিংদেদা।

বিমোলা —তামোগীসু অবাবা বারীগা য়াম্না লৈরি জাৎ ওইরে। লিথোরকও, কপমিন্নসে। ঙাইহাক কপমিন্নবসু নুংঙাইনি কৈনো। পুন্সিগী মথেল অমনি খন্দোকে।

রঞ্জন —ঐখোয় তামোসে ইতৈমনা ফ্রিনা শাবা লাইফদিবী ওন্থোকপিখ্রে। মতুগী ফলনা ঐনা ফংবা তারি। করিগুম্বা

অমত্তা ঐগী য়েংবিবা ঙম্মোইদৌরি। হায়রুরগনা থাফম থোকপা দেশতা থাদুনা মহৈ তমহল্লরে হৌজিক্তি নহোয় নহোয়না থোকপা হোৎনজরো হায়রক্তনি।

বিমোলা —অদুবু অনৌবা রাফমো ? হৌজিকী দ অদু ঙাক্তনি। পাৎলিঙৈদা হয়িংদসু নোঙ্গৌ হায়বা রায় লৈবনি। থবক অমত্তং পায়হৌনবা তামোদা ইকাই-ইকি খঙদনা নপশিলহৌও।

রঞ্জন —নঙনদি অদুম্মা হায়রিবা। ইতৈমগী জালদা তাগ্রবা তামে হুদা ঐনা হায়রুদৌবা রাসি ... ... ...

২৬ (খ)

বিমোলা —ঐনা মাগী রাফমদু করিসু Serious ওইনা লৌখিদে। অদুক মঙা থোক্কী মঙাংথোক ওইরবোই খনখি। অদুবু মহাক্তি তশেংনমক ময়াম্বা মতৈমগী অকনবা মিৎয়েং মখাদা রানা খাঙলবা মীওই ওইখ্রমাল্লে।

২৬ (গ)

নোংমা কৈশামপাৎতা রঞ্জন্না রিক্সো তোংদুনা মমান্নবা অমগা লাকপদা বিমোলা থেংনখি। বিমোলাসু ময়ুমদা হনগদবগী বস ঙাম্বা মতম্নি। রঞ্জন্না রিক্সো খামহল্লগা

রঞ্জন —বিমোলা রা অমত্তা হায়নখিসি, ঐ খরা থুরে অদুনা নঙগা কুপথনা রান্নী শানবা মতম ফংলোইদৌরে।

বিমোলা —করিনো তামো হায়বিরো ?

রঞ্জন ঐ হয়েংদগী টচুবীদা ইংলিস স্কুল অমগী ওজা ওইবা চৎলনি। ইমান্নবা অমগী মতেংদগী থবকসি ফংবনি। য়াম্না থুনা চংখিদবা য়াদবনিনা নঙোন্দা মসিগী মরমদা ঈ-পাউসে মতম চানা ফংহনবা ঙমখিদ্রে। শাউন্নকো। (বিমোলা লুকথদুনা মুংঙাইতনা লেপ্লুনা লৈবগুম উই) থোইদোক্না মুংঙাইতনিংঙাই লৈতে। থবক জোইন হেক

তৌরুরগা ৫/১০ নি য়ুমদা লৈনবা ছুটি লৌনবা হোৎন-
রকনিদা। ফরে, ঐ য়েৌগ্রগে।

২৬ (ঘ)

বিমোলা —ঐগী পুন্সিগী অনৌবা চেপ্তর অমা হাংদোকখিবনা হাল্ল-
বনিনা মা-ঐ উন্নবগী খুদোংচাবা লৌনবা ঐনা হোৎনখিদ্রেদো

২৭

নুংথিলনি, বিমোলাগী মমা ফক্তা অহুম ফম্নস্বদগী
নুপীমচাহু কৌরকই।

ইবেলৈ —ইবেম্মা, নচেহুবু কদায় চৎখিগেনে ?

নুপীমচা —(থোরক্লগা) ইমাবোক ইচে ইবেথোয়হোয়দা চৎলমগনি।

ইবেলৈ —(ব্রানা ঙাংই) ইমাবোক শোর চনিংতানা হোন্থবা ইয়া
য়াদেনহে। ফুনগৎপা অমা য়াম্না তোয়না হৌরকইনে।

নুপীমচা ঐ ইচে অমুক্তা কৌরুখিগে ইমাবোক। ( হায়নরিঙৈদা
মচান্নুপী লাকই ) ইচে লাকএ।

ইবেলৈ —থবাক নুংঙাইতে, শোর হোনবদা বেরা লাকই।

বিমোলা —ব্রারুবহুদা তৌরিনি। ঐনা য়ুমগী থবক ইনথাং অমত্ত
শুবিরুরন্নু হায়বদো। ঐ ডাক্তর অমুক্তা কৌরুখিগে।
কোম্মৌজমগী তামো ডাক্তরহু হল্লকখমদ্রা য়েংউখিগে।
ইবেম্মা নমাবোক্কী মনাক্তা লৈরম্মু। (থুনা য়াম্না বিমোলা
চৎখি।)

নুপীমচা —ইমাবোক কৈস্নু তৌরোইদা, পোত্থারগা ফনিদা।

২৮

পোৎলোইফমদা নহা-অহল থরা থোরক্লনা ইবেলৈগী
সংস্কার তৌবা হোরে। মহোয় ইমুংগী মী, মরি-মতাশিং
চংনগ্রে।

২৯

গীতা —ইবেম্মা, নঙগীদমক খনবদা ইচে য়াম্না বায় । নঙনা খরুং মফম চাদবদৌনা লেল্লিবা পুন্সিগী মওংসি উরুরগা ইচেগী থম্মোয় পুবা ওম্লক্লে ।

বিমোলা —'সিগুম্বা মতমসিদা ঐ ইচেগী অতুগুম্বা বাঙাংত্ত তানিংদে ।

থাবল্লৈ —হায় অঙাওবী, নচেনা হায়বদা অতুম্না খুম্বা হৌনব্রা ? হৌজিক্তি নচিন-ননাও সেগা মাইগা হায়ত্তনা তাম্নগদবা মতম্নি । পিবা য়াওদবনিনা নতৈনা কর্ম্মগী অচৌবা থৌদাং পুবা তাবনি ।

বিমোলা —ঐনা কন্যামত্তগী পাঙ্গল অমদি শেলগী মতেং লৌবা প'মদ্রে : মচানুপা পোক্লমদ্রবস্থ মচানুপীশিংদি ইমানা মী ওইনবা শেন্থীরম্মী । ইমাগী কর্ম্ম মপুং ফানা কনাগী মতেং য়াওদনা পাংথোক্কনি ইন্দোমচা ।

গীতা —ঙাংলিবসিস্থ তাবা য়ারিব্রা হায়বা ইদোমচা ?

থাবল্লৈ —ওই য়াবা বা নত্তে । অঙ্টিদি হয়েদা ঙাইরবসিদা নহোয়না অত্তুমহায়না মরৈ মরাং তৌনত্তুনা লেনগদবা নত্তে। মরুপকী বার্ত্তনশিংত্থ পিগ্রবা ইবেম্মা ?

বিমোলা —পিগ্রে ইন্দোমচা ।

থাবল্লৈ —মত্থুমা নাখৈ শেংঙ্গে । নতৈনা থবক থৌরম পুম্বা লোয়না চেঞ্জগনিদা । থোইদোক্লা বারুন্থনা ।

বিমোলা —ইমানা য়ারমদবা মীওইশিংনা লাইদা জলাঞ্জলী অমা-ফাওবা কৎহন্নিংদে ।

থাবল্লৈ —(লাউথৎলি) কৈনো নঙনা হায়রিদো । হিংলিভৈ মতমদা থৎনে-চৈনবা শাউনবা হৌনৈ, তাইবংগী চৎনবীনি । শিবা নাবা য়াওরবদি মত্থ য়াবরা ? হৌজিকসিদা নঙনা অত্তুম হায়না হায়রগা নচেনা করি খনখিনি ।

গীতা —মসি অঙাংসিনা খল্লিবা রাখলসি করিনো ঐ ভাব তাদ্রে ইন্দোমচা। (কপ্পি)

থাবল্লৈ —তৌমু তৌমু নবুকচেল খরা চাউথোকউকো।
জগৎসিদা কোয়না থিক্কবদা হুকচিনবা মরিসি নচিন-ননাওগী মরিসিদগী হেনবা লৈরম্লরোই। হৌজিকসিদা তক তৌনজনা লৈবা মতম নত্তে।

গীতা —ঐবুসু মানা ইস্থোকপা, য়ুমসিদা খোঙ তাহন্দবা পাম্লিনে ইন্দোমচা। (কপ্পি)

থাবল্লৈ —তুমিন লৈয় নঙস্ত। মনাওনা মচেদা খরা শাউজবা পেন্দবা ফোংদোকচবা অসিবু য়াম্লা লুনকা খল্লরিনে। নহোয় অনি থেম্নবদা শোরাং তোক্কোরি করাম্লা ?

INTERVAL

৩০

শোরাং মতুংনি। মনাক নকপা তুকান অমদা বিমোলা অমদি মাগা লৈমিন্নরিবা মনাওনুপীগা আনুনচিংবা পোং-চৈ খরা লৈরি। স্কুতর তোংবী নুপা ফুরিৎ লিংপী চাউবা কৌবী নুপী অমা মনাক তাতুরাইদা চংশিল্লরুগা বিমোলাবু মুন্না য়েংই। মনাওনুপীচু উরকপদা—হৈমা 'বেম্মা নঙ সিদা কৈদৌরম্মীনো ?

নুপীমচা —ঐখোয় ইচেনে সে। মাগী মনাক্তা লৈরিএ।

চাউবা —নহোয় নচেদি য়াম্না ফরম্দো মাল্লি। (হ্লো, মাই ডিয়ারকা হায়তুনা য়াম্না কোইদনা মনঙলদা পোপ পোপকা ফুরুই) য়ুম্বদ্ কয়াম লাপকেবা, লাকইডৈসিদা খঙদোক্লিংই।

বিমোলা —থোইনা লাপ্তে, চঙমিন্নরুসি হায়সু কায়দে।

চাউবা —ঐগী লাইবক ফবনি। ঐগী নুংশিজরবী মরুপ মপাং অমা খঙনজবগী নুংঙাইবা ফাওজরে। ( গাড়ী ইল্লগা মহোয় অনিগী মতুং ইন্নরকই )

৩১

গাড়ী শুমাংদা থম্মী। মাঙ্গোন তম্না চংশিল্লকই।

বিমোলা —য়ানি লেংশিনবিরকউ। ইমুংদনা নুংঙাইনি। (খোংউপ থম্লগা চংশিনখি। কা অমদা পুশিন্দুনা ফমহল্লি। নুপী-মচাতুদা ওনশিন্দুনা নুপীতুনা হংলকই— 'বেম্মা নঙদি কমদৌরি। লাইরিক লাইশু তম্বদি তোল্লবরা ?)

নুপীমচা —ইচে আ ··· ··· আ – ··· ।

চাউবা —য়ারে থরবু তম্মদি ফরে কৈনো। হৌজিকসিদা থবক তাম্নরুবসু ঐখোয়গী শক্তি নত্ত্রেদো। অতুনা ঐখোয়গীদি শুবা-নোম্বা লাইরেকপ. য়াদে। নচেবেম্মগী মিংদি করি কৌই।

নুপীমচা —বিমোলা কৌই।

চাউবা —ঐগী মিংনা চাউবা। ঐখোয় অহল-লমন্না মতুং মুপা লাক্লবা হায়তুনা চাউবা কৌবিরিনি হায়য়ে। ঐগী ইখা-তুস্‌নু মুপী অতুম ওইরকই য়াদেদা।

বিমোলা —চা ভৌরুখিগেদো।

চাউবা —হেরা করিগী চানো, হৌজিক্তা থরূকপদা ঙাইরি তৌবি-কস্থ। 'বেম্মসে ঐনা য়াম্না নুংশিবা অঙাংনি। মহোয়গী ইমুংস্থ খণ্ডবিরিতুনিদো নাতৈ খরা চাদে। ঐখোয়নস্থ মতেং পিবা ইঙম ঙমদে। মানা সিদা লৈরম্বসি ঐ য়াম্না নুংঙাইরে।

বিমোলা —মাঙ-তুংগী বা নত্তে, ঐখোয় অঙাংসিদি য়াম্না মরম ওকখ্রে, থবক শুবনা তন্দ্রিবা।

চাউবা —বিমোলাগী মিৎয়েং মখাদা লৈরগদি অমুক্তস্থ হেন্না ফরুকপা তাবনিনে (নোকমিন্নৈ)

৩২

(মচে লাক্লনা বিমোলাদা বা খরা ঙাংলৈ)

গীতা —ঐনা হায়রিবসিনি নঙ হৌজিক জ্ঞান য়াম্না তাগদবা মতম্নি। হৌজিকসিদা ঐখোয়গী কনা লৈরিগে? মমাংদা থোকখিবা থোদোক অমখক্লা নঙনা ঐখোয়বু তুকৎচবা মিৎয়েংনা য়েংবা হৌখি। মতু লানখ্রে খংলগা অনৌবা পুন্সিগী লামায় অমা অমুক হাংদোকউরেনা। মতুস্থ জুগোৎ চারমদ্রে। নঙ নচা লৈরবী অমা নত্তি। হন্না হন্না হোৎনখিনি হৌজিকস্থ। জগৎনা হায়নজসনু অহুমক শুবীনি মন্না লৌবিরোই লাইবক্লা লাম্থেংনখিসি। সুম্না খল্লিঙৈ-সিদা কদায়দৈনো লাবরা লাবা নত্ত অমগা লোয়নবা হৌরক্লিবসি করিগীনো?

বিমোলা —মরুপ মপাং অমা ওইনা ইচম চম্না তিন্নবনি কৈনো?

মসিদা কয়ামুক য়াম কায়বগে ? কান্নদে ঐগীদমক্তা পং-
থন খন্দুনা মাথা শাবিক্লরনো ।

গীতা —করিনো খল্লন্নু হায়দি। (শাউরপ্না) নঙনা অহুম হায়রগা
ঐনা হেক্তা য়াগদরো ? নঙনে হায়ন তানবা য়াদবকা
তৌজন্নু । নপুন্সিদা খঙয়াক য়াকপা খঙশিন শিনবা মহাও
কয়া তংঙ্গুরবা নঙনা হৌজিক জ্ঞান তাদনা লৈবা য়াবা
মতম নত্তেনে । ঐনা হায়রিসিনি মুপা শাবীগা চৎমিন্নবা
য়াদে ।

৩৩

শুমাংদা স্কুটর থামহুনা লৈবা উই। ইমুংদা চাউবা অমদি
বিমোলা বা খন্না ঙাংনরি ।

বিমোলা —চাউবা, ঐদি নংনা তৌরিবা মতৌসিদি য়াম্না হৈন-
রোইদৌরি । লাপথোক্লবনা ফদৌ মাল্লে ।

চাউবা —করিনোমি মুংশিবী নঙনা ঙাংলিবসিবো। ঐবু লান্না
খনগমু । তৌরিবসি কনাসু খঙহল্লোই । অরাবা নুং-
ঙাইবা খুদিংমক বেলেন্স অমদা থম্নবগী উপায়দি হিদাক-
সিতনি থাজৌ বিমোলা, নঙনা খঙদ তৌরিনি ।

বিমোলা —ঐ নঙবু তশেংনমক তুকৎচরে চাউবা ।

চাউবা —তুকৎচবা ! ( শিথ শিথ নোকই ) ঐবু কৈদৌদনা নঙনা
তুকৎচদৌরিবা ? ঐ ইরুজদয়া চাক চান্না হা ? ঐ
লায়রজরবসু ফি অমন অকাংকা শেৎপোৎ নত্তে । ঐ
তিলাইখোম্বী নত্তে তিনখাক নত্তে ।

বিমোলা —নঙগী নরমচৎ, জগৎনা তুকৎচনিংঙাই ওইরবা চিঞ্জাক চা
খোৎপঙ্কুদনি ঐনা হঙ্গোইরিবদি । নঙগী ইরুজদবগী ফি
শুদবগী বা নত্তে ।

চাউবা —অস, ঐঙোন্দা কন্না কন্না ঙাংবকাসু হৌরক্লেনা 'সিমসু ।

তৌনু বিমোলা অতুম হায়নকা। ঐ নঙবু য়াম্না নুংশি-বজাৎনি। নঙগীদমক্তনে ঐ শিদোকপা ঙমদৌরিবনি। নঙনা ঐবু হিদাক থরা থকউবগী অতুক হন্থনা লৌবা। ওম্থোকপনি ঐগী লাইবক (মরাইবক্তা খুতুম্না শুবা হৌরকই)

৩৪

ট্রাইবেল নুপী হিদাক য়োনবীগা চাউবগা ফম্নিরমই।
—ঙাইহাক্তুং ঙাইসিকো ইপেম্মা। অঙাংনা পুথোরক্লনি। ঐ ঙসাইথৈ চংথোকউপনি। নুংশিদবা নুপা উননিংতপা। মতু'দা বিমোলা কৌই হায়য়ে য়ুম্নাম হুইদ্রোমদগী নিংঙোলনি হায়বা। মাকা কায়নবদগী নুংঙাইতবনা হিতাক থকপনি হায়। লাকঅকা তাল্লহ্ন চৎলু য়াতে। ঐকী মীনা নোংমা যুতৎহনবা শোয়রোই।

৩৫

চাউবনা বিমোলাবু স্কুটর মনি'দা তোংহন্দুনা কোয়পু পুই। সিনেমা হোললোমদকাস্থ লাকই। সিনেমা য়েংমিন্নরগকাস্থ হনমিন্নখি।

৩৬

মচানুপী —বাবা ঐদি লোয়শিল্লেদো। চৎপা য়াদ্রিবো? (উৎসব অমা য়াওরুগদবগী চৎননবা শেম শারিবনি)

গোজেন —পুঙসিদি মহা ওইনা থেংঙপোৎনিনা (ঘরী য়েংলগা) সংকির্ত্তন য়াওবা উৎসবনি। নমাতুবু হৌজিক ফাওবা লোয়শিন্দ্রিবরানে? (ফৈজোম ফুরিৎ শেৎচিন খোৎচিনবা লোয়শিল্লক্লে।)

গীতা —ঐ চৎলরোই। মহোয়'বাগা অঙাংগা অতুম লেংবিরো (কাদা চংঙক্লগা।)

গোজেন —এ, করিগী? ঐখোয় অনি লাক্তবা য়াদে কন্না হায়-রকই। চৎতবা য়ারোই।

গীতা — ঐ চৎলরোই হায়রিসিনি। ঐ ৱাখল য়াম্না খুংঙাই-ত্রিজাৎনি। ঐখোয় বিমোলাগী হোৎলক্লিবা লমচৎ-শাজৎসে ঐ য়েংদুনা লৈবা অস্তুম ঙম্মোইদৌরি।

গোজেন — মুমিৎ চুপ্পগী বিমোলাগী ৱাখলদা উংদুনা লৈরম্মনি। নপামদা তোয়না চৎলগা অস্তুম হায়না হেক তৌরে। হায় হায়বিগেহায়, নঙ খরা হেনমল্লেকো।

গীতা — পুম্নমক অসি নহাক্না থোকহনবা ঙাক্তনি। খঙশিন্নদবা তৌজন্নু। (কপ্পি)

৩৭

মসিদাংৱাইরম্মি। রঞ্জন বিমোলাহোয়দা লাকখি। বিমো-লাগা তরাম তরাম তৌই। চা থকমিন্নে। ইমুংদা লৈদুনা ৱারী ৱাতাই ঙাইহাক তৌমিন্নে।

রঞ্জন — হৌজিকসু মতম লৈরি বিমোলা, ঐগী নুংশিববু নহাক্না লৎনদনা শোৎলনাবগীনি হায়রবদি নহাক্কীদমক্তা ঐনা সমাজগী চৎনবী পল পুম্নমক লান্থোকপা ঙমগনি।

বিমোলা — অদু হায়বিগনু তামো, তামোদি অচৌবা শাগে জাং খুংকন পাঙ্গনবা ইমুং মনমগীসু হৌরকপনি। ঐহাক্কী পাৎকী থারোই অকাঙ্বা অমগীদমক্তা করিগীদমক্তা পুন্সিবু লৈখা ত হনগদৌরিবনে? মতিক চাবী লৈশাবী অমা লুহোংদুনা মঙাই য়াইফনা পুন্সি লেনবা ঙম্মবা হোৎনবিয়ু।

রঞ্জন — অদুম্না ঐগী থম্মোয় কায়বা ৱাহৈদু হায়রম্নু। নহাক্না ঐগী থৌনা হাপ্পিগন্দ্রা হায়রগা নিংবা কায়বা ৱাহৈ কয়া ইফমদা তত্তনা তাহল্লি। পুম্নমক্কু তানবগীদা ঐনা নকম-সিদা লাক্লিবসিবো?

বিমোলা — মতম অদু হৌখ্রে তামো। তামোনা ঐবু নিংবিরম্বা, ঐগী লৈখা তারবা পুন্সিবু অমুক্তং শেমগৎ শাগৎকে খনবিরম্বা অতুগীদমক্তা হায়নিংঙাই লৈতনা থাগৎচরি।

৩৮

বিমোলা অমদি চাউবা ঙা লৈবা বাজারদা লাকই। লৈবা য়াবা খরা লৈরগা থিন্দনা স্কুটরদা অমুক বিমোলাগী য়ুমদা শোনরক্লে। পোৎ-চৈ খরা পুশিল্লক্লগা চংশিল্লকপদা অনিমক্না মাঙোন্দা মচে গীতা ফমত্তুনা লৈবা থেংনৈ।

বিমোলা —ইচে চাক চারক্তি,বা নত্রা? ঙা-গা লৈরকঐ। থুনা শেমশাবা লোয়নিদা।

চাউবা —বিমোলাগী মচে ওইবিরবরা?

গীতা —মান্নি।

চাউবা —নুংঙাইরে ঙসিদি চাক ঈশিং চামিন থকমিন্নরগা নুং-ঙাইনা ৱারী-ৱাতাই তৌত্তুনা মতম লেনবা হায়ত্তুনি।
(অনিমক চংল্লে)

গীতা —(খোন কল্লপ্না) ইবেম্মা য়া অমত্তা ঙাংনখিসি। মপান্দা অমুক্তা থোরকখোও।

চাউবা —ইচে ঐবুরা? করি তাকপিগদবা?

গীতা —ঐখোয় বিমোলাগী মতাংদা য়া ১/২ মং ইবেম্মদা ফোংদোক্লিংঙি।

চাউবা —তাকপিয়ু ইচে।

গীতা —ৱাসে য়াম্না কোইথোক্না ঙাংনবগী তঙাইফদবা লৈহল্ল-শুমসি। ইশম শম্না হায়রবদা ইবেম্মা, ঐগী ইনাও-নুপীসিগা হকচিন্না নঙগা তোরোৎ খাদানবসি খরা লেপ-খিসিদো। (ম্যুজিক)

চাউবা —করি তৌরগে ইচে, ইমান্নবী অমা ওইনা মহাক্না তিন্ন-খোৎনবসি ইচেদা য়াম্না মিৎ নাবা ওইনা থোক্লবরো?

গীতা —ইবেম্মা, নহাক্না নুপীমচা লৈশাবী অমগী চপ চাবা লিচৎ চৎলগদি করিগী ঐনা থিংলুনি? নুপা-নহাগী

চিঞ্জাক য়ুথক লমচৎ শাজৎ চৎলগা ইচেনা নহোয়বু কম্রিদা পামগদৌরিবনো ? থন্দুনা অমুক্তা য়েংউ। লৈকাইগী মিনোক শোয়দনা চংঙক্কনি।

চাউবা —কনানা ঐগী কা হেনবা লমচৎকী মতাংদা হায়জিন-বিরিগবা ? মীশক্তু খঙনিংঙ্গ্রেদা।

গীতা —মুংশিং শিত্তনা উনা লেংবা য়াপোৎ নত্তে। ঐ পুম্নমক তারে ইবেম্মা, মুপা অমগী চিঞ্জাক য়ুথক য়ু ফাওবা থকই হায়রিবকাসে অচুম্বা অতুম ওইরমগনি। পুম্নমকসি তাম্নগা ইনাওনুপীগা লোন্দিম্ননা তিম্নহনবা হায়বসে ঐঙোন্দসু মীয়ামগী নোক্ল মিৎয়েং অমা লাক্কদৌরিবা। অঙা মকসু নত্রবনিনা খরা খজিক হায়বদা জ্ঞান তানবা য়াব্রেনা। ( মনাওনুপী খোরকই )

বিমোলা —ইচে, করিনো ইচেনা ঙাংঙিহুবো ? ইমাম্নবী অমদা অত্তক য়াম্না কনবা বাহে বাতা শিজিম্নরিবা কম্রিগীনো ? ফনা হায়নিংবা লৈরগসু ঐঙোন্দা সুম সুম তৌই হায় হায়হুনা ফোংদোক্লপ্পা ফৈনা।

গীতা —তুমিন লৈয়ু। মরক থৎচিল্লক্কনু। ঐনা হায়রিবসিনি নহোয় অনি মতম খরা থাপতোক্লখো।

৩৯

কা মচা অমদা চাউবগী তুম্ফম কা ওই। য়াচংবদা হঞ্জিল্লকই। চহি ৫০ হুক শুরবা মুপা অমা মহাক উন্নবা লাকই। থেংনৈ।

মুপা —ইবেম্মবু ঙসাইদগী ঙাইজরম্নিবনি। 'সুম তৌবনি ইবেম্মা, ইচানুপী অমা হয়েং ঙস্তানা মীরৈবাক্তা চৎথ্রদৌবা। মাগী পুগদবা শেলফমসি খরা ম্নাংলে। ইবেম্মদগী য়াম্নগদি সনাসু য়াওরকই ( লিক মচা অমা উহল্লি ) লুপা ১০০০ তং পিবিনবা শিনবিয়ু।

চাউবা —মুংদাংদা ঐ বদ্ধান লৌদে মাম লেংবিরো।

মুপা —ইবেম্মা, অতম্মা তৌবিগনু, মামগীসে উপাই লৈরক্ত্রুনা নঙোন্দা চেনলক্লবনি। ঙসাইদগী ঙাইবনি ইবেম্মদি মুক-লাকমক লাক্লেদো। ইচানুপাদি হয়েং ঙন্তানা চংথ্রদৌ-নিদো।

চাউবা —ঐসে মামহোয়গুম্বদগী শেন্দোয় লৌরগা হিংঙিবা মঁওইনি। অদু ওইতুনসু মুংদাংদদি 'সিগুম্বা পিথোক পিশিনসে ঐগী য়াম পক্লদেবা। ঙন্দো লাকপিয়ু। যনা তায়রবসু হৌজিক্কি পিরোই।

মুপা —ফরে ফরে ইবেম্মা। হয়েংতু ঙন্দা হেক্তা লাকচরগে। শোয়দনা ফংহনবিদবা য়াদবনিকো ইবেম্মা, চৎলে চৎলে। (চৎথ্রে, চাউবা তুম্ফম কাহুদা চংলক্লে।)

চাউবা —ঐবু অদুক শাথিনা ইকায়বা পিবকো। মগী মনাঙ-মুপীনা শকতা চুদা লন-থুমদা কয়াম হেল্লদনা থরায় মুংঙাইতে ঙসিদি। (উপুদগী লিক্লিগা য়াসকা পুথোরকই।)

৪০

(গীতাগা ওজা অমগা ৱারী শান্নরি)

গীতা —ওজা হন্দক্কী মতাংসিদা ঐখোয়সে মপী-মপা লৈত্রবা ঙাক্তনি খনবিতুনা অমুক্তদি মংশিবিয়ু। ওজাগী তৌবিমল পুন্সিগী কাউজরোই।

ওজা —করিসু লুনা থল্লমদা। ননাওনুপীগুম্বা কয়া কয়া হৌজিক্কী সমাজসিদা হিংলি। মহোয়গুম্বা কয়াগীদমক পুন্সি কথোক্কে থন্দুনা য়ুম ফাওবা পালহৌত্রিবসিনি।

গীতা —ওজা।

ওজা —ঐনা হৌজিক প্রসিদেন্ত ওইরিবা নুপীগী সংস্থানসিংসি ফনা য়াম্মী! নুপানা সুম নমথক্লুনা থম্বা য়াবা ঐখোয় নত্তে

হায়বসি খঙহনগদৌরিবনি। ককচিংদা নোংমাইজিং নুমিত্তা নুপীগী এসোসিয়েসন অমনা শিললাংবা মিতিং অমসু লৈরি। মতুদসু ঞা ঙাংলুদৌরিনি।

গীতা —অদো ওজা Secondary Schcol দসু ততুম চাং নাইনা কাবা ঙম্মৗরিবরো ?

ওজা —থবকসু তৌদ য়াপোৎনত্তেদো ইবেম্মা। ঐখোয় প্রিন্সি-পালদু য়াম্না ফৈএ। থামুক নাতুনা লৈক্কবা, Eearned leave লৌত্ৰবসু য়ানি হায়তুনা লৌহন্দে। ইকুই কুইদনা Delhi চৎনবগী থৌরম অমমুক লাকঅনি। ফন্দ খরসু তান্নরুদৌবা লৈ। (বিমোলাহোয়দনি ঙাংনরিবা ময়ামসি, থিন্দনা বিমোলানা চা পুথোরকই) এ, চা-গা অমুক তৌরুরিবোরেকো। 'বেম্মা নঙগী Certificate শিং হিন্দি-গীসু য়াওনা লোয়না Photostate তৌরগা পিরকউ। ঐ ঙা নবা য়াবা ঙাংনরুগে।

বিমোলা —ফনি ওজা পিজরক্কে (চা থনম্নগা চংখি)

গীতা —চা পায়রসি ওজা (থকপা হৌনখি) মাদং মী ওইহৌ-ত্রগদি লৈরিবা ফিবমসিদা জুগোৎ অমা চাররোই হায়-তুনা ঐনা য়াম বাজবনি ওজা। তাঞ্জা চানা ইমান্নবী ভানুবতী থেংনবদা ওজাদা চংঙু পুম্নমক মঙ্গল ওইনি হায়রকই।

ওজা —য়াম্না ফৈ হোৎনগদবনি ননাওনুপীগীদমক। মশাগী ক্বালিফিকেসনসু পংনোপ নোপথবা নত্তে। থবকসিমত্তং তৌহনসিসে।

গীতা —অদো ওজা শেল-থুমগী মতাংসিদি ওজানা কয়া পিসিগে হায়বদো লেপ্লিরো।

ওজা —ঐ হায়রক্কে। হৌজিকসিদদি ইবেম্মা, ফনা হায়

শাবহায়ত্নি থরা তিংত্রগদি য়ারোইনে। অত্তবু মহোয় হিন্দি ওজাগীসিদি ময়ামগীদগীদি থরা তানি।

৪১

বিধান সভাগী মীরেপ ওইগদৌবা, ময়াম্না কাগনি হায়না কন্না আশা তৌনরিবা ব্রোজেনগী য়ুমদা ওজা প্রমোদিনি লাক্লি। ইমুংদা মী উন্নরি, মপান্দসু অমুক্তোইবা মুপী-মুপা থরা ফমত্নুনা লেপ্তুনা উন্নবা হোৎনরি। ওজা প্রমোদসু মরক্তুদা য়াওরি। উচিন নাচিন্না ওজা ব্রোজেন উন্নবগী তাঙ্গা ফংলক্লে। মন্নুংদসু মী ৪/৫দি অত্নুম লৈরম্মী। ওজানা বা হৌদোরকই।

—ইবুংঙো নহানগী মুপীমচা অমগী হিন্দি ওজাগী মতাংদা ইচেনা হৌদোক্লম্বত্নুগী লাকচরিবনি।

ব্রোজেন —ও, ওজা নিংশিংজরে। ঐ মরি লৈনবা মীওইশিং উন্নজক্লরে। Certificate শিং Photostate Copy ওইনা পুবিরকউ হায়জবত্নুদি ... ... .. ।

ওজা —পুরক্লেনে ইবুংঙো (পিশিনখি)

ব্রোজেন —(হায়ফেত্তুং ফাক ফাক্তুনা য়েংই) ওজা হন্দকৌসি মঙ্গল ওইবা য়াইদা। শেল-থুম অত্নুক হাক্লা তিংত্রগসু য়ানিদা ঐ হোৎনজগে। কেন্দিদেৎ য়ামদে ২৫০ লৌগদবদা ৮০০ মুক্তং লাকই হায়। জেনেরেলগী তৌনরিসিগা হায়ক্লরদি 'সিদি করিসু নত্তে। অত্নুবু অপাম্বা অনকপা স্কুলদা তাহন্নবা খরচ থরা তৌসি। মুপীমচানিকায়না য়েংবিরোই চীংদা হেক্তা থাজিল্লক্লনি।

ওজা —চুম্মী ইবুংঙো পুন্নমক শেম শারবনি, ইবুংঙোরোমদগীসু তৌবা য়াবা তৌবিরো। লাকদৌরিবা Election সিদা ঐখোয়সু indirectly ওইরবসু মত্তেং পাংজগে কৈদৌরগে?

ব্রোজেন —ময়ামগী থৌজাল নিজরি। লাক্লিবা য়ুমশকৈশসিদা অমুক উন্নরসি ওজা। ঐস্নু Electionসি খরা অত্থুক নকশিল্লক্লবনিনা থবকসি মফাং মফাং ... ...।

ওজা —ফয়ে ইবুংঙো অহুদি য়েঁৗখ্রগে'।

ব্রোজেন —ফনি ওজা লেংবিরসি। (থোকখ্রে অমমুক চংশিল্লকই) ইবুংঙোগীহু মীহু উন্নবা ফংঙক্লিয়ে। হংচিৎসি অমুক্তুংগা চৎলুরগা অকুপ্পা মরোলছু হায়রগেকো।

নহা ১ —ঐদি উন্নবিরম্নদোৌবোই খন্দুনা লাকচরি অত্থুগা ... ...।

ব্রোজেন —ঐ চৎলুদবা নত্তে। মীশক্তু থেংনরক্লিসিনিনে অমুকস্থু চৎখিনি হায়রেদনা।

ফম্নবা নুপা ১ না— ইবুংঙো মরাইনা উন্নজনি তহা তহাগনো৹ থবকসে হেক ওই য়াদবনি অমুক অনিরক্তা। মতম খরা মাঙবা তাবনি। (নহাহু চৎখ্রে, ব্রোজেন ঘরী য়েংই।)

ব্রোজেন —মতমসিদি য়াশিল্লক্তেনা।

৪২

মাঙ্গোন্দা মনাওনুপীনা ধূপ থাউমৈ কৎলি। বিমোলা চে চাং শুরব্রা য়েংই। লোয়শিনবা য়াবা লোয়শিল্লগা মপান থোরক্লে। লাই খুরুম্নগা Certificate য়াওবা file হু পুরগা ইন্তরভিয়ু য়াওননবা থোং শান্দোরক্লি।

৪৩

(ওজা প্রমোনা তেলিফোন তোৌকই। গীতানা পায়খৎলুই।) হল্লো ... ... ওজারা ... ও ... বিমোলা ইন্তরফিউ য়াওরুরে ওজা মহোয়গীসি মী য়ামদদনা। তৌরিব্রা থওদে Vivaথক্তা তৌরগা তোকএ হায়নে ওজা। ... — হোয় ওজা — ... য়েংবা হায়হুনি ... ... হহোয় ওজাবু ... — থমজরগে। (গোজেন চংশিল্লকই)

গোজেন থবক নোম্বা য়াম্নবু হৈনরিনে ঐখোয় স্বাইসিদে। ঐগীসু অমত্তা নোম্লিংঙিদা। (নুপীনা খুম্বীদে) ওইদৌরিজাংলা ওইরোইদৌরিজাংলা ঐখোয়দসু থঙহন্দবনিনা হয়েং শোয়র-কান্দদি কল্লক মাঙদা চাং তা ইকাই মমাংদা হোরং তাতুনা তোকঅরনি তৌরিসে।

গীতা —মঙোন্দসু হায়বিরোইদবসিদা ইকাইদমাল্লে।

গোজেন —হোয়দা হোয়দা খোংঙগা থঙবা হায়তুনিদনা।

৪৪

(অয়ুক্তি। মহৌশাগুম অঙাং ১০ মুক বিমোলানা ট্রাসন লৌরি। মনাওনুপীনা ইমুংদগী থোরকপদা বিমোলানা)

—'বেম্মা ঙসিদি পাংনা শানবা হঙ্গাম হেক্তা থোংজিল্লো। ঙারী-ঙাতাইসু অমত্তা লৈরম্মরোইনে। হাউবা হাউতবা মতম খরদি সুম্না লেনমিন্নখিসি। হয়েং ইচেনা তলব চারগা অহাউ অথুম্. থা ১ লেপ্তনা চাথরগা লোয়রে।

৪৫

(ওজা প্রমোগী য়ুমদা বিমোলা মচিন মনাও লাক্লনা ওজাগা রাম্বী শানতুনা লৈরম্মী।)

ওজা —ঐদি ইবেম্মা (মচেদা) বিমোলাসি ঐগীদা মতম খরা থম্লিংবনি। ঐগা মতম খরবু লৈমিন্নরবদি মাগী রাখলদা অচৌবা অহোংবা অমা শোয়দনা লাক্কনিদা।

গীতা —য়াম্না ফবা রানি ওজানা তাকপিরিবতু। অতুবু য়ুম থাদোকপসি মানা ইপাম পামদ্রিএ। ইমাগা লৈত্রবনিনা হিঙ্গোলতসু পুমহাং হেক হাংহোগদবতু নুংঙাইজদ্রিবা।

ওজা —ঐনা তোয়না লাক্লগা উন্নরবদি ফবনিনে। অতুবু ঐগীসু অহাংবা মতমসে ইতৈ লৈতেনহৈ। (মতমসিদা তেলিফোন কোল অমা লাকই, ওজা প্রমোনা receiver পায়খৎলি) Hallo

(অসোমদগী) ওজা ঐনে ব্রোজেন [মোনিতরদা অনিমক উহনগনি]

ওজা —ইবুংঙো ব্রোজেনলা, মহোয় অঙাংশিংগীদুবু .. ..

ব্রোজেন —ওজা হায়দোকএ।

ওজা —করি হায়দোকএ হায়বা ইবুংঙো (গীতা, বিমোলা তথক তথকই)

ব্রোজেন —অচুম্বনি ওজা হৌজিক্তা result তু থেত্তোকপদা ঙাইরি। ওজাগী মুপীমচাগীছু য়াওরবনে।

ওজা —ইবুংঙো তশেংনা য়াওরবরনে রোল নম্বরগাম্বু চুম্নরবরা ?

ব্রোজেন —ওজাসিমা ওন্থোক ওন্থোকপা, ঐনা কুপ্পা য়েংশিল্লরগা হায়জবনি। (মচিন-মনাও অনি হুরাওবা মতৌ উংশি।)

ওজা —মুংঙাইজরে ইবুংঙো, ইবুংঙোগীসু ঈশ্বরনা মঙ্গল ওইবা পিনবিসনু তোল্লবীসিদা চাউনা তেংবাংবিবগী।

ব্রোজেন —অদো ওজা Election নকশিল্লক্লবনিনা offer form লৌশিনখ্রগসু join তৌবদি election লোইরগা সরকার শেম্লবা মতুংদা ওইনা থোক্লরনি।

ওজা —হোয়দা ইবুংঙো অদুগীদি করিসু থোইদোক্তে। ঐসু ঙসি নিনি হুরি লৈরগা চথোক্লক্কে, উন্নাদ। অদুদি থম্মগেকো। (থমখি) Election ময়াগী থাক্কী অথিংবা থমজিল্লক্তিদৈদা তোক হায়দোকহৌবসিনা নাথৈ অমা শেংঙেকো।

বিমোলা —(হুরাওনা) ওজানা ঐবু অমুক হন্না পোকপিরবনি। ওজাগী লমন করম কান্দা শিংবা ঙমজগনি ?

ওজা —হেরা, সিবু করি লৈবা থবক্লো ? নহাইবক্তা তম্মক্তনা ঐনা পংহোৎ হোৎনরুরগসু য়াবা নত্তে।

গীতা —ওজা, করি করম্বা ৱাহৈনা ঐগী থম্মোয়গী অপেনবসিবু ওজাদা ফোংদোকসিগে ঐ হায়ফম থঙদ্রে।

ওজা —নুংঙাইরে ঐস্থ, নহোয়না নুংঙাইরিবত্থদগী শরুক তরা হেন্না নুংঙাই। মুপাগী মীচৈ মখাদা চাক চখোম অমগী-দমক শিবা ঙায়ত্থনা লেনবা পুন্সিত্থদি ওইররোইদনা ; হায় মতমসে থেংজিল্লকলেনে। নঙগীদি নকপনিনা ফৈ ; মাগীদি কমদো তারি ?

গীতা —য়ানি ওজা বস ফংখিনি।

ওজা —ফরে অত্থদি য়েশিনখ্রো কোন্না অমুক উন্নরসি (মহৈ মহৈ থোক্করক্লে)

৪৬

(কৈশামপাৎতা মহোয় অনি বস ঙাই। বস অনি অমা লাকই।)

গীতা —ইবেম্মা, মীদি চিন্না লাকখ্রেদা অত্থবু য়ানবা তোংঙে (অচিনবা মরক্তুদা থেংজিল্লক্কবনিনা বিমোলা অত্তম লিং-শিন্নবা হোৎনখ্রে। বসস্থ থোক্খ্রে।)

৪৭

মুমিদাংনি, মনাওনুপীগা লোয়নননা বিমোলা চাক চারি ;

বিমোলা — 'বেম্মা ঙসি ঙরাংসি চাক এনশাংসে মহাও লৈনঃ হাউইকো।

মনাও —হাউনি ইচে, হয়েং তলব চারবকান্দা অমুক্কা হেন্না হাউরকখিনি। অত্থবু ইচেগী মুংঙাইবা পাউসি দাদা রঞ্জনত্থ তারম্নগদ্রা ?

(বিমোলাগী হরও তয়াম্নবা মায়থোং মকশিনখি)

৪৮

বিমোলা চে চাং খরা পুরগা ওফিসতা লাকই। মরি লৈনবা কেরানিদা মাগী offer form অমদি অতৈ documentশিং পিশিল্লম্মী।

৪৯

( নুংথিলনি, বিমোলা মনাওনুপীতুগা লোয়ননা সিনেমা য়েংবা থোরকই । )

মনাও —ইচে, 'খোয়না চত্তোরিসিবু মিনরভা হোলদরা ?

বিমোলা —নঙসিমা ওন্থোক্না জ্ঞান তাখিদ্রেদা । ইচেনা পুবিরগবু খুঙ্গংগী হোলদা য়েংগনি খল্লুরি করিগীনো ? বাজারদনি, কালা বাজারদা ৫০ পিরসু য়েংঙনি হায়রিসিনি ঙসিদি ।

৫০

( ওজা প্রেমো অমদি গীতা তেলিফোন্দা ৱারী শান্নরী )

ওজা —ইবেম্মা ঐনা খঙনিংলিবদি বিমোলাসিবু মাগী হান্নগী নুপাতুদা অমুক হঙ্জিন্নখিগদবগী মওংগা লৈবজাৎলা নত্রগা মাগা মহৌশা নুংশিনরম্মী হায়রিবা পাখংতুদা লৈশিনগে হায়বগী ৱাখল অমগা লৈ লাকপজাৎলা হায়বসিনি ।

গীতা —হৌজিকমক্কীদি মসি হায়বা ঙনমল্লি । ঐসু 'সিগী মতাংসিদদি মাগা ৱারী ইশানবু শান্নদ্রিএ ওজা । অতু-মকপু খঙদোক্লবদি হোৎনরগে ওজা অতুগা ওজাদসু ৱাফমতু খঙহনজরক্কে ।

ওজা —ঐসু খঙনিংলবনি, মাগী পুন্সিদা লাকপা অহোংবশিং ঐ নৈনবা পাম্মী ।

৫১

( নুপা ৩/৪ গা শানৈ-য়ুনৈবা হোয়রগা গোজেন কাদা চংলকই । ফমুংদা হিপ্লিবি মাগী নুপীগী নাক্তা চংশিল্লকই । নুপীনা ফুক হোগৎলক্লগা — )

চথোকও নুংশিজদে নুংথিল পোবোপসিদা, মীওইবগী লীচৎ খৱা চৎলু ।

গোজেন —করিনো ঐঙোন্দা মতমগা তাকপিন্নিসিনা। ঐগী অপাম্বা খুদিং পাংথোকপদা মতম পুংশিং য়েংবগী দরকার ওইদে।

গীতা —কামগী অপাম্বনা ঙাওরবা নঙোন্দগী থাপ্তোকনিংবা কুইরবনি। ইচাশিংসে মপা য়াওদনা য়োকপা পামদবদগী অহুক খাংহুনা লৈরবগী বানি।

৫২

নুমিদাংনি। বিমোলা তুমথখিবা ঙাইহাক ওইরে। মমঙদ রঞ্জন উই)

রঞ্জন — বিমোলা, ঙসিদি নংগী অহু অদা করিমত্তা তাররোই লাউ, ঐগী ইতুং ইল্লকউ। (মথুৎ পায়হুনা চিংলকই)

বিমোলা —করিনো তামোনা তৌরিসিবো? ঐসে নহাক্কী লোয়নবী ওইবদা মতিক চাদ্রবীনি। ঐগী বাখল থাদোকপীয়ু ঐদি লৈমন চল্লবী সৈরাংগা পাংথক্কি।

রঞ্জন —ঐ নঙবু থাদোকপা স্তুকঙম ঙম্লোই। করিগুম্বা উপায় অমা থিহুনা পুনবা হোৎনগনি। কান্নদে. ইতুং ইল্লকউ (কন্না চিংই)

বিমোলা —কৈনো তৌরিসিবো, ঐবু থাদোকউ, কদায়দনো ঐবু পুরিসিবো, ঐ ঙম্মোই। (মঙলাক্লগদবগী তৌরকপদ মনাওনুপীনা হৌদোরকই।)

৫৩

(ওজা প্রমো বিমোলাহোয়গীদা চথোক্লকই। মপামদ তোয়না লাকপী গীতা অমদি মনাওনুপী বিমোলা উন্নরৈ)

ওজা —ঐস্তু খঙই ইবেম্মা নথবাই মুংঙাইরম্মোই হন্দক্কী মতাংসি। অহুবু ঐস্তু M. L. A. ব্রোজেনগীদা চত্তনা ফিবমসিগী মতাংদা থন্নরুরবনি। হন্দক্কীসি ওজা য়ান্নরোই, চৌংগী

Post অয়াম্বা ওইবনিনা হোংদোক হোংজিন খরা বানি। Join তৌবা খা ৫/৬ লৈরগা তমদা Utilise তৌনবা হোৎনসি হায়রকই।

বিমোলা —হোয় ওজা, য়ান য়ানবা শিন্নবা হায়হু তারে মতম মতমহুগী। মসিগীদমক ওজাদা নাকোং বাই ঙাইহাক লৈতনা চিলহনবসু পামজদে।

ওজা —মচেবেম্মা নঙনা করি হায়রিবা ? রঞ্জন হায়বা ওজা পাখং অমসু মফমহুদা থবক তাই হায়বদাই।

গীতা —মাদি ওজা ইংলিস স্কুলগীনি। অহু ওইরবসু ঐনা নচনসি পুশিনবিখিদবা য়াদে হায়হুনা কন্না হায়জরুরে। মা হৌজিক থোরক্ক্লনা লৈরি।

ওজা —খা খরদি অরাবা খরা খাংঙ্লদবা য়াদবনিনে।

গীতা —য়ানববুদি শিন্নরনি ওজা, রঞ্জনা করিসু ঐখোয়গী রাফমসিদা হিক্তোক্কদবা নত্তে।

ওজা —হন্দক্কীসিদি মাখক্তা নত্তে। মমান্নবী ফনা য়াম্মী। তমেংলোংদা তাবা উথ্রলদা তাবা ফনা য়াম্মীবো। এম. এল. এনা হায়রিসি করিসু লাল্লোই।

৫৪

( রঞ্জন্না বিমোলাহোয়দা লাক্লগা — )

—'বেম্মা নচে লৈতবরা ?

মনাওন্নুপী—লৈ দাদা ঐ কৌথোকচক্কখিগে। ফিদাসিদা ঙাইহাক্তা ( ফিদা থারম্লগা কৌথোকপা চংখি, রঞ্জন ফমখি। থীন্দনা বিমোলা থোরকই — )

বিমোলা —তামো য়ৌবিরক্লেদনা ?

রঞ্জন —উং, নঙগী পোৎ-চৈ লৈদোব খোত্তোবা লোয়রবা নত্রো ?

বিমোলা —লোয়রে তামো, পুবা য়াবা খরা অহুক পুবা হায়হুনি।

রঞ্জন —করেনে করেনে মতমসিদা ঐগীদি নিংবা থুংবা হায়বদু লৈত্রবনিনা নঙগী হরাউ-অমাম মায়থোংসি উরগা ঐস্ পঙহদ হরাউদুনা লৈবা হায়দু তারেনে। (বিমোলা লুকথখি) অদুদি কুইনা পন্থকবগী কান্নবে যৌশিনখগে।

বিমোলা —য়ৌরকপগা চংলগে হায়রিসিবু করিগীনো তামো ? চা থকখিসি ঙাইহাক্তস্ ফম্বীখো তহা তহাখিনু।

রঞ্জন —ঐগীসু শোয়শিনগদবা থবক লৈহৌরি অদুননিনে।

৫৫

হিদাক ময়াম অমা টেবল মচা অমদা থম্মি। দোরেন মাঙ্গোন্দা ফক অমদা হিপ্তুনা শকফম কায়না লৈরি। বিমোলানা মচে হোৌরগা মহাক উন্নবা লাকই। ফুংথিল তাল্লক ওইবনা মীস্ ইরৈ লৈরমদে। বিমোলা উবকপদা হৌগত্তুনা ফমকই।

গীতা —ঐখোয় নঙবু অরোইবা ওইনা অমুক্তং উনবা লাকপনি।

দোরেন —লেংশিনবিয়ু ফক্তুদা। (মনাক্তা ফক অমসু থারম্মী। অনিমক ফম্মিন্নখি) করি করম্বা ৱাফমগী ... . ... ?

গীতা —ৱাফম হায়ববু ইনাওম্নপীনা ৱা অমত্তং শেংদোক্লিংঙি নফমদা। মা থবক ফংলে। হয়েংদগী থবক জোইন তৌরগনি।

দোরেন —য়াম্না নুংঙাইবা পাউনিনা।

বিমোলা —অদোমগা ঐগা পুন্সিসিদা ঘাট অমদা পুনমিন্নখিদোবা লৈত্রবনিনা ইমাগী অনাবগী মতাংদুদা লৌজখিবা লুপা ৫০০০দু শিংবা পাম্মী। অদুবু মফমসিদা লুপা ২০,০০০ লোমগী মাল-চাং অমসু থনম্লেদো। সনা খজিক্তং লৈজবদুফাও মরম ওকথ্রবা অদোম্না মীগী মরল-মথুম শোকউবদগী ঐনা কায়থোক্তনা শিংখিবদু নিংশিংবিরমগনি খল্লি। হৌজিক্তি থরা খিন্থরবসু খিন্দনা শেন্দোয় য়াওলা শেলফমদু শিংবা পামদুনা লাকচরিবনি।

গীতা —৫০০০ গীদমক্তা নঙনা ঐখোয় অহল লমন পন্দুনকা চৈ-থাংই হায়না ভাই। মতুংদি য়াম্না লৈবাক মচা তাদবা থৌদৌনি। অতুম্মা তৌনগুমসি। অহল-লমন পন্দুনা চৈবা হায়বসি পেন্দবগী করম্বা থাক য়ৌরবকান্দা চৈ-থাংগদগে হায়বত্ত খরা খন্তবা ফৈক্তা।

দোরেন —মুপা-মুপী শাওনতুনা ভাংনখিবা কয়াতুগীদমক ঐডোন্দা বারকপা লাকপিরিব্রা ?

গীতা —ঐখোয় খঙভি, মুপা-মুপী শাওনতুনা ভাংন-চৈনবদা জাং জাং হায়নৈ ভাংনৈ। অতুবু ঐখোয়না লুনা নিংজরিবা অহল লমন পন্দুনা ভাইহাক লৈতনা উশিং থওইদনা করিসু লৈতবা অমগীসু পংভাং ভাংনবদি করিগুম্বা মওং অমত্তদা ঐখোয়না য়ানিংদে। ইপাসু লৈজত্রবী ঐখোয়না ইমাবু মতমতুদা লাইংম্মা খঙখিবনি। হৌজিক নরোল শেংভ। ৫০০০ সি শিংখোরা শিংনুরা হায়বদো।

দোরেন —৫০০০ অতু অদা ঐ খঙদ্রে। অমুক হন্না মতু নিংশিংলরোই। অতুগা অউনপোংকী পোংশিংসিদি পুবিনিংব মতম অমদা পুবিথিবা য়াগনি।

বিমোলা —ঐনা মতম অমদা লমকেৎ লমহায়বী অমা ওইনা মতম খজিক্কুং অদোমগী নফমদা য়েংচরয়ে। মংগী ক্ষতিপুরন ফংহৌবনি হায়না খনবিরো। অউনপোং অমুক লৌখোক লৌশিন তৌবকাসি মীমাংদা য়াম ইকায়জে। ঐখোয়দি লায়রবনিনা উপু ১ কাংথোল ১ দগী হেনবসু ভমখিদে।

গীতা —থবক ফংলবনিনা ইনাওমুপীসে পুন্সিগী অনৌবা লামায় অমা হাংদোক্লে হায়না ঐদি লৌরে। মাগী পুন্সিনা অনৌবা অওনবা অমা লাক্কনা তোপতোপ্পা লম্বী অমদা ঐখোয় কনা খঙহল্লমদনা চঙশিনখিবদা নঙনা অমুক হন্না

খিংবগী অধিকার অমত্তা লৈত্রে হায়না ঐখোয়দি লৌরগনি। মহাকসি নংগী ওইব্রবনিনা অমুক হন্না মাগী লম্বীদা অয়েৎপা পিরগন্নু। নঙসু হৌজিক নুপী অমা থিবা য়ারেনা, কনানা করি য়েৎলি? চৎলসি ইবেম্মা। (ফুক হৌগত্তুনা অনিমক চৎমিন্নসি, দোরেন লোক খুবা হৌগৎলক্লে।)

৫৬

বসতা রঞ্জন অমদি বিমোলা সিট থংননা ফম্মিন্নতুনা লমথুংফম য়ৌনবা চৎলি।

৫৭

চৌংগী স্কুলহু বিলদিং নিংথিজনা শেমজিন শাজিনবিত্রবা অমা ওইরম্মী। ক্লাস অমদা ছাত্র ১৪/১৫ মুক্তা লৈরম্মী। বিমোলা থবায় য়াওনা লাইরিক তম্বীরি।

৫৮

ভারাগী কা ২ রঞ্জন অমদি বিমোলানা লৌই। সুমিদাংনি। বিমোলাগী কাদা চাক-ঈশিং থোংই। রঞ্জন চংঙক্তুনা রারী-রাতায় তৌরৈ।

রঞ্জন —বিমোলা অনৌবা হরা-নুংশিৎসিবু ইহৈমক হৈনদ্রবরা?

বিমোলা —হৈনদে হায়দুনা হৌজিকপু চেনবা য়ারিবরো?

রঞ্জন —চীংমীশিংনা নঙগা ঐগা করি থোক্লগে পংহংদা হংঙি।

বিমোলা —তামোদি করি খুম্ম?

রঞ্জন —চিংনদনা খুমদোকই ঐগী নুপীনি। মাসু সিদা থবক তারবনিনা পুরক্লিবনি।

বিমোলা —তামোনা পাথং ঐনা মৌ, ভাবতি তাবিরিকো।

রঞ্জন —নঙনা অদুম হায়রক্লগা ঐগী থৌনা হাপকৎলি। হৌজিক ঐ ইয়াম্বা-ঈপিশিংগী অথিংবা মবা লৌবিদ্রে। ঐনা অপাম্বা

খুদিং পাংথোক্লবা হোৎনগনি৹ সমাজগী মিনোকস্থ করিমত্তা খনবিদ্রে। ( চিটৈ থোঙ লোনশিনখি )

বিমোলা —হৈমা করিগীনো ভামো থোঙ লোনশিল্লিহুবো ?

রঞ্জন —মতুগী মরম নঙস্ত খঙকম থোকই।

৫৯

বিমোলাগী মচে অমদি মতৈ থবক অমা চৎলুবদৈ মারুটি তোংতুনা ময়ুম তম্না লাক্লি। লম্বেলদা সংস্কার তৌরম্বা অমা থেংনৈ। দোরেনগী মরি-মতা খরা উবতুনা কারদগী কুমথরগা মচেনা অহল ১ দা হংভি

—শিরিবসিবু কনানো ?

অহল —হেরা ইবেম্মা৹ স্বাইদা দোরেন কৌবা য়ুদা লাইচুরবা ওকখিদ্রবা অমা লৈরম্মী, ঙসিদি মাগী মতম লোয়র-মাল্লে চৎখ্রে মতু-মচাগস্থ খায়নথ্রমাল্লে অমত্তা উদে শির-ফাও চংঙকতেনসে

৬০

(বিমোলা মচেদগী চিঠি অমা ফংই, মতু পারি ... ... —)

ৱাফম অমা ফোংদোকপা চিথহৌদোরে৹ য়েংঙোই৹ দোরেন্দো মচিঞ্জাক কাম্বদৈ মনুং৹মতম চাদনা লৈখিদ্রেদো। মসিদা নঙ থোইদোক্লা নপুক্লিং হুংনাংলুগন্থ। ইকুই কুইদনা মাগা ঐখোয়গা ৱাফম অমা শেংদোক্লহৌবদো ইচেদি হুংঙাইবো। অতৈ থোইদোকপা হায়নিংঙাই লৈত্রে লোয়শিল্লগে।

( রঞ্জন কাদা চংশিল্লকই। বিমোলা চিঠি থুপচিনখ্রে। )

রঞ্জন — চৎলসিদনা।

বিমোলা —চৎলসি য়ারে। ( থাউ অচৌবা অমা পায়রগা থোক-মিন্নরক্লে। চীংগী কৈথেল মচা অমা চান-থক্লবা লৈবা থোরকমিন্নবনি। লম্বেল চৎন চৎন — )

রঞ্জন —কুইরোইদা সুমিং ০/৪ নি মজ্জাই ঐনা চংকদৌরিসে। করিস্ম চিনরুস্ম। মৈতৈ মত্ম অসুক য়াম্না লৈরিসিদি। ওজা কামেশ্বর শর্মদা ঐনা লোয়না শিন্নরম্নবনি। ওজা বামোনসিগীদি ফেমিল্লি পুন্না 'সিদা লৈম্নিবনি। মীস্থ য়াম্না ফৈদা। মানা নঙগী অবাং-অপা পুম্বা য়েংশিনবিগনি হায়হৌই।

বিমোলা —অদো থরম্ন থুনদি হনবিরকউকো।

রঞ্জন —হল্লক্কদি কৈন্নো? ঐখোয় ইনেশীদো ভেলোর চংকদৌরি চংলমদাইদা অমুক্তং উমনিংই হায়রকপনিদা। ফরকনি হায়ববু থাজদ্রেদা কেন্সর মাল্লি।

৬১

চীংমী ছাত্র অমা বিমোলা উনবা চংশিল্লকই, ক্লাসরুমদগী থোরকপদা থেংনৈ—

ওয়া, পাউ অমা তম্পীকেকো, ওয়াদি য়াম্না মুংঙাইবিরোই, অহু তমতি তমপিকে, ওয়া রঞ্জন ঙরাং ইম্ফাল চৎখিবত্থ গারী এক্সিডেন্ট থোকপা য়াওবা মাল্লে। য়াম্না খিনা খিনা শোকপা য়াওই হায়নৈতো।

বিমোলা —অচুম্বনে নঙনা হাররিসিবো (পাখৎনা)।

৬১ (ক)

নোং কা হেন্না চুখিবদৈ চীং লম্বীতুম্ন ফত্তে। ফত্তবা হম্বা মুংশিৎসিদা বস তোংহনা ওজা রঞ্জনস্থ ময়ুম মায়কৈ অক্লি। অম্নাবনি, থেক থোররবা চীংগী লম্বীদা থৌরিঙৈদা ব্রেক ফেল ওইরকপদৈ কন্ট্রোল ঊমহৌদতুনা বস এক্সিডেন্ট থোক্লে। মীওই খরা শিবদা রঞ্জনস্থ য়াওখরে।

৬২

বিমোলাগী মশাদা সনাগী লৈতেং অমত্তা পক্লে। ময়াংনং

শেংলগা ভারাগী কাদা মথন্তা ফম্নগা মপী ইন্না চেম্না মপানগী দ,শ্য য়েংহুনা লৈরি ।

বিমোলা —মুপী ঐগী লাইবক অসিনা, লৈফম হোংলবস্নু ইন্নাই-বক্তি শুকহোং হোংবা য়াদ্রবা !

The End

